ওঁ নমো গণেশায়

শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দঃ জয়তি

# সাবিত্রী ব্রত কথা

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা

ব্যবস্থাকারী

তাং ২০।১১।৯৬ ইং

শুভাকাঙ্ক্ষী—

শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী

# সাবিত্রী ব্রত কথা

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা

ব্যবস্থাকারী

তাং ২০।১।৯৬ ইং

শুভাকাঙ্ক্ষী—

ব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা শাস্ত্রী, সুবাইলাংপম

স্মৃতি, ব্যাকরণ, কর্ম্মকাণ্ড, ধর্ম্ম শাস্ত্রী,

গভর্ণমেণ্ট ইম্ফাল সংস্কৃত টোলাধ্যাপকঃ।

অফোংবা—
BY
ককচিং তাবম নিঙোল পুর্ণিমাশি দেবী

খুরাইলাকপম জয়দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী
শিংজমৈ, থাংখোম লৈকাই।




কোপী মশিং—১০০০ (লিশিং অমা)

ফোংবা— তাং ৫।৪।২০০৪ ইং, (বসন্ত রাস) নিংথৌকাবা

মমল্‌—লুপা ৫০



নমথকপ্‌— দি ফ্রেণ্ডস্‌ ইউনিওন্‌ প্রেস, থাবুপাউ, ইম্ফাল

# অইবগী ৱাহৈ খরদং

সতী সাবিত্রী ব্রত কথা অসি ঐনা তমজরগা, কনাগুম্বশিংগী যুমদা পূজা অমদি কথা অসি হোংনজবকই। পনজনিংবা অমনা মপী অমা ওইবীনা মপুরোইবগী হোংনফম থোকপা থোদাংনা মৃত্যু ওইগনি খংনখংনা আত্ম বরণ তৌখিবনি, নারদ ঋষিনা ফনা থামলবস্থু মশাগী অপেক্ষা এক ক্ষত্রিকানা মচাবু মপা মমানা অরাবা কয়াগা ইবোইননা সাবিত্রীবু দান তৌজখি।

অসিগুম্বা যজ্ঞখ্রবা সাবিত্রীগী সতীত্বনা, মৃত্যু ফংলবা যমরাজদগী মপুরোইববু কঞ্জখি। মরমসিদগী ঐগী লেখনী (কলমদ) প্রার্থনা তৌজহনা, তুংদা হৌবকদোবিবা খ্বাই খিবিকী খরদ উৎসাহ পোকদ্রা (ওইগদ্রা) খঞ্জহনা শ্রীগোবিন্দজী চরনদা কংচরি।

লাইরিক অসি মতম চানা পুথোকবা হোংনবদা অরা কোন্নাই খংবিখিবা প্রেসকী মীওইশিংবু হন্না হন্না থাগৎচরি। লান্দনবা হোংনজৈ অশোইবা য়াওরম্মি মসিগীদমক পাঠকশিংনা ঙাকপিনি।

অইবা—

# পতিবেকো গুরুস্ত্রীণাং

সতী সাবিত্রী ব্রত কথা লাইবিক্ অসি তাজারে পাজবে, মালব লৈবাক্কী নিংথৌ অশ্বপতি, মালবী রাণী অনিগী মচা তাংনা ফংজবী সাবিত্রীন, মপুনোইবগী মৃত্যু দশা কন্নবগী অকলবা তপস্যা তৌজহুনা যম দেবগী খুৎকী কন্দুনা, মৃত্যু ওইরবা সত্যবান হিংহনা শাংখ্রবা চহি ৪০০ ননাই সাবিত্রীগা লোইননা মচা ১০০ ফংহনা, মরৈবাক্তা দ্যুমৎসেন রাজা অমদি শৈব্যা মহারাণী লোইননা রাজাভিষেক তৌহনা নুঙাইনা শাল্বদেশ মাতৃ দেবা ফংজখি।

অসিগুম্বা সতী সাবিত্রী ব্রত কথাবু "হে গোবিন্দ হে গোপাল হ ককণৈক সিঙ্কো।" হে থৌজালগী মবুঙো রাধিকা কান্ত পরিবার খিবিক লোইনজরবী ননাইনা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দজীগী চরণ কমলদা লাইবিক্ অসি কংচবি।

ককচিংতাবম নিঙোল পূর্ণিমাশি দেবী
শিঙজমৈ, রাইথোম লৈকাই।

## ভগবান্ কৃষ্ণ স্তুতি

মুকং করোতি বাচালং পঙ্গুং লঙ্ঘয়তে গিরিম্ ।
যৎ কৃপা তমহং বন্দে পরমানন্দ-মাধবম্ ॥

## শিব ভগবান্ স্তুতি

কর চরণ কৃতং বা কায়জং কর্ম্মজং বা,
শ্রবণ নয়নজং বা মানসং বাঽপরাধম্ ॥
বিহিত মবিহিতং বা সর্বমেতৎ ক্ষমস্ব
জয় জয় করুণাব্ধে শ্রীমহাদেব শম্ভো ॥

## লক্ষ্মী স্তুতি

পদ্মাননে পদ্ম উরু পদ্মাক্ষী পদ্ম সম্ভবে ।
তন্মে ভজসি পদ্মাক্ষী যেন সৌখ্যং লভাম্যহম্ ॥

## সরস্বতী স্তুতি

যা কুন্দেন্দু তুষার হার ধবলা যা শুভ্রবস্ত্রাবৃতা,
যা বীণা বরদণ্ড মণ্ডিত করা যা শ্বেত পদ্মাসনা ॥
যা ব্রহ্মাঽচ্যুত শঙ্কর প্রভৃতিভি র্দেবৈঃ সদা বন্দিতা,
সা মাং পাতু সরস্বতী ভগবতী নিশেষ জাড্যা পহা ॥

লাইরিক গ্রন্থ অসিবু পিতৃ মাতৃ অনিনা শ্রীরাধাগোবিন্দগী শ্রীচরণদা কৎপিযু। নচাবু মী ওইননবা হোৎনবিরম্বদা অরাবা কয়া মাইয়োক্নরম্বগী লমন অদো কোকচরগে ।

নচা—

শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা

# সতী সাবিত্রী চতুর্দ্দশী ব্রত

জৈষ্ঠে মাসি চতুর্দ্দশ্যাং সাবিত্রী ব্রতমুত্তমম্ ।

অবৈধব্যায় কুর্ব্বন্তি স্ত্রিয়ঃ শ্রদ্ধা সমন্বিতাঃ ॥

স্কান্দমার্কণ্ডে ॥

---

**ব্রতগী নিয়ম**—বৈশাখ মাস হাঙ্গবদি (লজিবু) গী পূর্ণিমা মতুং শিথরকপা কৃষ্ণপক্ষগী চতুর্দ্দশী অসিবু সাবিত্রী নুমিং কৌই। হায়রিবা নুমিং তিথি অসিদা নুপী ওইবীশিংগী চাইবদি মুম পাম্বীশিং বিধবা ওইদনবগীদমক সাবিত্রী ব্রত অসি তৌবরিবনি। অসিগুম্বা ব্রত অসি অমুক্তং তৌরগা তোকপদি য়াদ্রে, মখাশিংবা চহি ১৪ চুপা চহি ১ কাংদবা তৌগদবনি। বৈশাখ—হাঙ্গবদি পোৗষ মাসনুনি।

**পূজা প্রণালী**—নোংমগী সন্ধ্যা উপাসনা নাচিংবা লোইরবা মতুংদা শুদ্ধাসনদা ফম্বগা পুরোহিতনা মার্জ্জন ঘটস্থাপন পঞ্চদেবতা পূজা লোইরগা ব্রতী অহুবু আসনদা ফমহনগা অমন্ত্রং স্বস্তিবাচন তৌহনগা সঙ্কল্প তৌহনগনি। যথা—বিষ্ণুঃ নমঃ অদ্য জৈষ্ঠে মাসি বৃষ রাশিস্থে ভাস্করে কৃষ্ণে পক্ষে চতুর্দ্দশ্যাস্তিথাবারভ্য প্রতিবর্ষীয় জ্যৈষ্ঠ কৃষ্ণ চতুর্দ্দশ্যাস্তিথৌ (১) · গোত্রা দেবী সর্ব্বাপচ্ছান্তি পূর্ব্বক অবৈধব্যকামা যথোক্তবিধিনা সাবিত্রী ব্রতং অহং করিষ্যে ॥

মতাং অসিদা হায়রিবা বচন অসি ব্রতী মশামক্না ফবা ওইরবদি উক্ত বচন হায়গনি নত্তুনা কনাগুম্বা পুরোহিতনা তৌবা তারবদি বচন অসি ওয়থোক্রগা, গোত্রায়াঃ দেব্যাঃ সর্ব্বাপচ্ছান্তি পূর্ব্বক অবৈধব্য কামনয়া যথোক্ত বিধিনা সাবিত্রী ব্রত মহং করিষ্যামি। ইতি সিদ্ধান্তবচনম্।

করণীয় ব্রতে অদ্যারভ্য চতুর্দ্দশ বর্ষ পর্য্যন্তং প্রতিবর্ষীয় ন বক্তব্যম্। হায়বদি তৌরিবা ব্রত অসি চহি খুদিংগী ১৪ চুপ্পা তৌগদৌরিবনি, মসিদা চহি খুদিংগী ব্রতগী সঙ্কল্পদা "অদ্যারভ্য চতুর্দ্দশ পর্য্যন্তং" হায়বা বচন অসি হায়রোই হায়বনি। মরম অসিনা চহি ১গী পূজা লাকপ কান্দা অহানবা হৌগ্রবনিনা মথংদদি দ্বিতীয় বর্ষীয়, তৃতীয় বর্ষীয়, চতুর্থ বর্ষীয়, পঞ্চম বর্ষীয় ইত্যাদি চতুর্দ্দশ্যান্ তিথৌ বাসরে·· গোত্রা শ্রী· দেবী হায়গনি।

অসিগী মতুংদা পুরোহিতনা সঙ্কল্প অসি তৌহল্লগা নত্রগা তৌবিরগা মচু ৫না তিনবা সর্ব্বতোভদ্রমণ্ডল ১ য়েক্লগা ঘটস্থাপন তৌগনি অমসুং বটশাখা (মশা) ১ যুংলগা মথুদা লংনা ১৪রক হুয়া য়েংলগা থমগনি। আসন শুদ্ধি সামান্য অর্ঘস্থাপন তৌগনি, ভূতশুদ্ধি মাতৃকান্যাসনচিংবা থবক অসি তৌগনি, মথংদা গণেশ, শিবনচিংবা পঞ্চদেবতা পূজা তৌগনি। মথংদা আদিত্যাদি নব-গ্রহেভ্যো নমঃ পূজা মথং ২ তৌগনি। মথংদা ইন্দ্রাদি লোকপাল পূজা তৌগনি। যথা—ওঁ ইন্দ্রায় নমঃ, ওঁ অগ্নয়ে নমঃ, দক্ষিণায় নমঃ ওঁ নৈঋতায় নমঃ, ওঁ পশ্চিমায নমঃ, অসি চাইনা মথং মথং পূজা তৌগনি। মথংদা ওঁ দশাবতারেভ্যো নমঃ পূজা তৌগনি।

**ষষ্ঠী ধ্যান:—**

ওঁ ষষ্ঠাংশাং প্রকৃতেঃ শুদ্ধাং সুপ্রতিষ্ঠাঞ্চ সুপ্রভাম্।
সু পুত্রদাঞ্চ শুভদাং দয়ারূপাং জগৎ প্রসুম্॥
শ্বেত চম্পক বর্ণাভাং রত্ন ভূষণ ভূষিতাম।
পবিত্র রূপাং পরমাং দেব সেনামহং ভজে॥
স্বশিরসি পুষ্পং দদ্যাৎ।

আবাহনম্—ওঁ ষষ্ঠী দেবী ইহা গচ্ছা গচ্ছ ইহ তিষ্ঠ তিষ্ঠ ইহ সন্নিহিতা ভব, যাবং পূজাং করিষ্যামি তাব দত্র স্থিরা ভব, এতং পাদ্যং ওঁ ষষ্ঠী দেব্যৈ নমঃ এবং ইত্যাদি ।

প্রণাম্—ওঁ জয়ন্তং দেবি জগন্মাত র্জগদা নন্দকারিণি প্রসীদ মমকল্যানি মহাষষ্ঠী নমোঽস্তুতে ।

## অঙ্গন্যাস—করন্যাসং

সাং হৃদয়ায় নমঃ, সিং শিরসে স্বাহা, ত্তং শিখায়ৈ বৌষট্, শে' কবচায় হুঁ, শৌ নেত্রত্রায় বষট্, শঃ অস্ত্রায় ফট্ ।

সাং অঙ্গুষ্ঠাভ্যাম্ নমঃ—সিং তর্জ্জণীভ্যাং স্বাহা ওঁ মধ্যমাভ্যাং বৌষট্, শেং অনামিকাভ্যাং হুঁ, শৌ কনিষ্ঠিকাভ্যাং বষট্, শঃ করতলকর পৃষ্ঠাভ্যাং ফট্ ।

## অথ সাবিত্রী ধ্যান

ওঁ সাবিত্রীং দ্বিভুজাং পদ্মাসনস্থাং হংসবাহনাং ।
শুদ্ধস্ফটিক সঙ্কাশং দিব্যাভরণ ভূষিতাং ॥
পক্কবিম্বাধরোষ্ঠীক পূর্ণচন্দ্র নিভাননাং ।
ললাট তিলকোপেতাং মধ্যক্ষীণামহং ভজে ॥
স্বশিরশি পুষ্পম্ দত্ত্বাং ।

পীঠ পূজা—যথা—ওঁ জ্ঞানায় নমঃ, অজ্ঞানায়, বৈরাজ্ঞায়, অবৈরাজ্ঞায়, ঐশ্বর্য্যায়, অনৈশ্বর্য্যায়, আধারশক্তয়ে, অনন্তায়, কূর্ম্মায়, সূর্য্যমণ্ডলায়, দ্বাদশকলাত্মনে, সোমমণ্ডলায়, ষোড়শকলাত্মনে, বহ্নিমণ্ডলায়, দশকলাত্মনে, বায়ুমণ্ডলায়, মহাদেবায়, বিষ্ণবে

ব্রহ্মণে, ওঁ দুর্গায়ৈ নমঃ, লক্ষ্ম্যৈ, সরস্বত্যৈ, ব্রহ্মাণ্যৈ, গঙ্গায়ৈ, যমুনায়ৈ, বাসুদেবায়, সঙ্কর্ষণায়, অনিরুদ্ধায়, নন্দ্যৈ, নাগায়, সর্পগণেভ্যঃ, ইন্দ্রাদিলোকপালেভ্যঃ, একাদশরুদ্রেভ্যঃ, আদিত্যাদি, নবগ্রহেভ্যঃ, দ্বাদশাদিত্যেভ্যঃ, দ্বাদশকেশবেভ্যঃ, স্বর্গস্থদেবতাভ্যঃ মর্ত্ত্যস্থদেবতাভ্যঃ পাতালস্থদেবতাভ্যঃ, সর্ব্বেভ্যো দেবেভ্যঃ, সর্ব্বাভ্যো দেবীভ্যঃ নমঃ ।

---

অমুক দত্তা সাবিত্রী ধ্যান তৌগনি অনুদন্তী আবাহন, যথা—সাবিত্রী দেবি ইহা গচ্ছ গচ্ছ ইহ তিষ্ঠ তিষ্ঠ ইহ সন্নিহিতা ভব অত্রাধিষ্ঠানং কুরু মম পূজাং গৃহাণ ওঁ সাবিত্র্যৈ নমঃ অমুকা ষোড়শোপচার পূজা তৌগনি। যথা—আসনং স্বাগতং পাদ্যং মধুপর্কাচমন বস্ত্রাভরণানি চ সুগন্ধং সুমনো ধূপ দীপ নৈবেদ্যং ফল তাম্বুল চন্দনানি চ সাবিত্র্যৈ নমঃ, ইতি ।

## স্তুতি প্রণাম্

ওঁ দেবাসুর মনুষ্যাণাং পূজনীয়া বিধানতঃ।
পতিব্রতে মহাভাগে বন্দিতে চ শুচিস্মিতে ॥
অবৈধব্যঞ্চ সৌভাগ্যং দেহি ত্বং মম সুব্রতে।
পুত্রং পৌত্রঞ্চ মোক্ষঞ্চ দেহি দেবি নমোহস্তুতে ॥
সাবিত্রী ব্রহ্ম সাবিত্রি সত্যবাক্ প্রিয়ভাষিণি।
তেন সত্যেন মাং ত্রাহি সত্য সংসার সাগরাৎ ॥
দৃঢ়ব্রতে দৃঢ়মতে ভর্ত্তু শ্চ প্রিয় ভাষিণি।
অবৈধব্যঞ্চ সৌভাগ্যং দেহি ত্বং মম সুব্রতে ॥
গৌরী ত্বং হি শচী ত্বং হি ত্বং প্রভা চন্দ্রমণ্ডলে।
ত্বমেব জগতাং মাতা ত্বং মাং পাহি বরাননে ॥

ত্রিসন্ধ্যাং সর্ব্ব ভূতানাং বন্দনীয়াসি সুব্রতে।
ময়া দত্তামিমাং পূজাং গৃহাণ ত্বং নমোঽস্তুতে॥
যন্ময়া দুষ্কৃতং কিঞ্চিৎ কৃতং জন্মশতৈরপি।
ভস্মী ভবতু তৎ সর্ব্বমবৈধব্যঞ্চ দেহি মে॥

অসুম্ন স্তুতি তৌববা তুংদা "যমরাজ" ধ্যান তৌগনি।

যথা—যমঞ্চ কৃষ্ণবর্ণাভং দ্বিভুজং রক্তলোচনং।
দক্ষে দণ্ডধরং বামহস্তে পাশধরং বিভূম্॥
দংষ্ট্রাকরাল বদনং দেবং মহিষ বাহনং।
মহাকায়ং ধর্ম্মরাজং বিষ্ণুভক্ত জনপ্রিয়ম্॥

মতৌ অসুম্না "যমরাজ" ধ্যান তৌরগা "ওঁ ধর্ম্মায় নমঃ" হাঈবা মন্ত্রসিনা যমরাজ পূজা তৌবগা মথংদা খুরুমগনি।

যথা—ওঁ সূর্য্যপুত্র জগন্নাথ সর্ব্ব প্রাণেশ্বর প্রভো।
প্রসাদাত্তব দেবেশ দীর্ঘায়ুরস্তু মে পতিঃ॥

মথংদা "ওঁ উর্ণায়ৈ নমঃ" মন্ত্র অসিনা যমরাজ পত্নীবু পূজা তৌবগা "ওঁ পাশ দণ্ডাদ্যস্ত্রেভ্যো নমঃ" হাঈদুনা যমরাজগী খুৎলাই দণ্ড পাশনচিংবা খুৎলাই পুম্নমক চেং, লৈ, চন্দননচিংবনা পূজা তৌগনি।

মথংদা সত্যবান ধ্যান তৌদুনা পূজা তৌগনি।

যথা—ওঁ সত্যবন্তং রাজপুত্রং রাজলক্ষণ সংযুক্তং।
পূর্ণ চন্দ্রাননং গৌরং সর্ব্বাভরণ ভূষিতং॥

অসুম্না ধ্যান তৌরগা পূক্ষিং চংনা পূজা তৌগনি অমসুং অর্ঘ পাঙ্গৈদুনা পূজা তৌরগা অমুক হন্না উক্ত মন্ত্র অসিনা ধ্যান তৌগনি। মথংদা—"সত্যবতে নমঃ" মন্ত্র অসিনা মথক্তা তৌখিবগুম পোংলম ১৬না সত্যবান পূজা অমুক তৌগনি। অসিগী তুংদা বটবৃক্ষ থুংনা পাঙ্গৈরগা স্নান তৌগনি।

যথা—ওঁ বটোঽসি বৃক্ষ নাথস্ত্বম্ খ্যাতো হরিহরাত্মকঃ।
পৃথিব্যা মবতীর্ণোঽসি নমস্থামি সুরেশ্বর॥

মথংদা "ওঁ বটবৃক্ষায় নমঃ" হাঙ্গৈরগা পূজা তৌগনি অদুগা মথাগী মন্ত্রসিনা প্রার্থনা তৌগনি।

যথা—ওঁ বটোঽসি ত্বং রুদ্ররূপ জগন্নিস্তারক প্রভো।
মদ্ভর্ত্তা ত্বৎ-প্রসাদেন শতং বর্ষাণি জীবতু॥
ওঁ বটবৃক্ষ তরুশ্রেষ্ঠ সর্ব্বদেবাত্মক প্রভো।
ভবতু ত্বৎ প্রসাদেন ব্রতং হি সফলং মম॥

মথংদা অমুক—

ওঁ বটবৃক্ষ মহাভাগ জগন্নিস্তারক প্রভো।
পৃথিব্যা মবতীর্ণোঽসি নমস্থামি সুরেশ্বর॥

অসি হাঙ্গৈদুনা বটবৃক্ষবু খুরুমগনি।

অসিগী মতুংদা—অশ্বপতি, দ্যুমৎসেন, শৈব্যা, মালবী, গৌরী, শচী, রুক্মিণী অমসুং দ্রৌপদী পূজা তৌগনি। যথা—অশ্বপতয়ে নমঃ, দ্যুমৎসেনায় নমঃ ইত্যাদি অসুম্না পূজা তৌগনি। লোইননা ব্রতকারিণী অদুনা মশাক্কী পতিবু অমুক পূজা তৌগনি। যথা—"স্বামিনে নমঃ" মথংদা ব্রতার্থীনা মনেম মকুদা শেংনবা ইন্নবা ফি কংকনি অমসুং দক্ষিণাগা লোইননা ভোজ্যন্ন কংকনি খুরুমগনি মথং অসিদদি ব্রত কথা তারগনি।

# ব্রত কথা

বনবাসগতো রাজা ধর্ম্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ।
ভ্রাতৃভিঃ সহিতঃ সর্ব্বৈ দ্রৌপদ্যা চ সমন্বিতঃ ॥ ১
মার্কণ্ডেয়ং মহাত্মানং মুনিং ধর্ম্মভৃতাং বরং।
পপ্রচ্ছ রাজশার্দ্দূলো বিনয়া বনতঃ স্থিতঃ ॥ ২

অন্বয়—রাজা যুধিষ্ঠিরঃ=নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা, বনবাসগতো=হাঙ্গৈনখিবা মতুং ইন্না চহি ১৩গীদমক বন্দা চৎখি, ভ্রাতৃভিঃ=মচিন-মনাও ভীম অর্জ্জুন নকুল সহদেবগা, সহিতঃ=লোইনদুনা অমদি, সর্ব্বৈ=পুম্নমক, দ্রৌপদ্যাচ সমন্বিতঃ--দ্রৌপদীসু লোইননা চৎখি। মতম অসিদা, বিনয়াবনতঃ=য়াম্না নোল্লুবা ধর্ম্মদা পুক্লিং চংনা, স্থিতঃ=লৈরিবা, রাজশার্দ্দূলঃ=নিংথৌ অথোইবা যুধিষ্ঠিরনা, ধর্ম্মভৃতাং=ধর্ম্মদা পুক্লিং লুপ্পবা, বরং=পুম্নমক্কী অথোইবা, মহাত্মানং=মতিক মগুন য়াম্না লৈববা, মার্কণ্ডেয়ং=মার্কণ্ডেয় মুনি মমিংবা জগৎ অসিদা লন্না লৈত্রবা মুনিগী মফমদা, পপ্রচ্ছ=কবিগুম্বা য়া থব হংজখি ॥ ১—২

---

অনুবাদ—কৌরব সভাদা য়াশক য়ারেপ্পখিবগী মতুং ইন্না য়াশক চেৎপা ধর্ম্মগী মচা রাজা যুধিষ্ঠিরনা হাঙ্গৈনখিবগী মতুং ইন্না চহি ১৩ বন চৎপা অসিদা মচিন মনাও মথোয়গী পন্না ভীম, অর্জ্জুন নকুল সহদেব লোইননা দ্রৌপদীসু লোইনখি। মোংমা খংহৌদনা মার্কণ্ডেয় মহামুনি লেংবিরকখি য়াম্না নোল্লুক্না ধর্ম্মদা পুক্লিং চংনা লৈবিবা নিংথৌ অথোইবা যুধিষ্ঠিরনা পুম্নমক্কী অথোইবা মতিক মগুন লৈরবা জগৎ অসিদা লাম্বা লৈতনা মকম পুম্বদা ফাওরিবা মুনিগী মফমদা য়াম্না নোল্লুক্না খংনিংবা য়াফম থব হংজখি। ১—২

যুধিষ্ঠির উবাচ—

ভগবান্ দীর্ঘজীবী ত্বং দৃষ্ট লোক পরাবরঃ।
দৃষ্টা পূর্ব্বং ত্বয়া কাচিৎ কচিদেবং পতিব্রতা ॥ ৩
স্বয়ং প্রাপ্য মহৎ কষ্টং ভর্ত্তৃ রুদ্ধারকারিণী।
যথৈব দ্রৌপদী কৃষ্ণা তন্নঃ সংশিতু মহর্ষি ॥ ৪
এব মুক্তো নৃপেনাথ মার্কাণ্ডেয়ো মহাতপাঃ।
কথাং স কথয়ামাস ধর্ম্মরাজায় বীমতে ॥ ৫

মার্কণ্ডেয় উবাচ—

মদ্রদেশে মহারাজ বভূবাশ্বপতির্নৃপঃ।
ব্রহ্মণ্যঃ শীলসম্পন্নঃ প্রজাপালনতৎপরঃ ॥ ৬

---

অনুবাদ—যুধিষ্ঠিরনা হাঈজখি—হে ভগবান! হে মহামুনি কদ্রিগুম্বদা মাঙ্গবর ওইবা মহর্ষিনা লোক অসিদা অচৌবা অতোনবা কনাগুম্বা মপুন্সি লৈবী অমদি য়াম্না নোঙ্কুপী ইকাই খুম্নবী পতী-ব্রতা ওইবী অমা কবিগুম্বা খংখি উখিবা মপুরোইবগী অচৌবা অরাবা কয়ার খাংহুনা নাইরোং য়াজখিবী অমা থেংনবিগ্রবদি কথা (য়াবি) অদু কৃষ্ণা দ্রৌপদীগী অমদি ননাই এখোইদা কথাবু তাহনবিয়ু। অসুম্না যুধিষ্ঠিব মহারাজনা হাঈজবক্রপদা মতিক পুন লৈববা মার্কণ্ডেয় মুনিনা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী মফমদা অসিগুম্বা বনবাস কথা (য়ারিবু) কাম্যবনসিদা লিবিরকই। ৩-৫

অনুবাদ—মুনি মার্কণ্ডেয়না তাকপিরকখি— হে মহারাজ! হে নিংথৌ অথোইবা তারো, মদ্রদেশ হাঈনা কৌবা লৈপাক অমদা অশ্বপতি কৌবা নিংথৌ অমা পানখিরমই। মহাক অদু ব্রাহ্মণবু

অভূত্তস্য মহাদেবী মালবী নাম সুন্দরী।
পতিব্রতা মহাভাগা শীলাচার সমন্বিতা ॥ ৭
অনপত্যঃ স রাজর্ষিঃ সাবিত্রীং সমপূজয়ৎ।
ষষ্ঠে ষষ্ঠে তদা কালে বভূব মিত ভোজনঃ ॥ ৮
এতেন নিয়মেনাসীদ্ বর্ষাণি চ চতুর্দ্দশ।
সাবিত্র্যা হুতবানগ্নিং পুত্রকামো মহামনাঃ ॥ ৯

---

সেবা ভৌজবদা হৈনিংবা মগুন লৈবা অমদি প্রজা পালন তৌবদ। যাম্না ইং তম্না ইবৈবাক কবম তৌরগা য়াইফগনি নিংজবা নিংথৌনি অদুগুম্বা নিংথৌগী মহারাণী মালবী হাঙৈনা কৌবী শকচুদা থোই-দোক্না চথোনবী মপুবোইববু ঈশ্বরমক্তি খম্না চেৎনা লুনা নিংজবী, মবাইবক য়াম্না যবী লমচৎ লাজৎ ব্যবহার নিংথিজবীনি। অদুম্নদি ওইববদা লাইবক খিবা অমনা অসিগুম্বা নিংথৌ রাজর্ষি অসি মমিত্তা মচা অমত্তা উখিদে। মচা ফংজনিংবনা ভাওববা নিংথৌ মহারাণী অনিনা মুমিৎ ৬/৬নি শুবদা হাঙৈরিবা মতম অসিদা তওনা পরিমিত ওইনা হাঙৈবদি চাং তম্না খজিক খজিক চাদুনা সাবিত্রী কৌবী দেবীবু চথোম্না পূজা কচ্চখিবসি চহি কয়া হৌথ্রে। ৬—৮

অনুবাদ—মথৌ অসুম্না তৌবা নিয়ম হাঙৈবদি মুমিৎ ৬নি খুদিংগী মীত ভোজন তৌবা অসি চহি ১৪ হাঙৈবদো ওইথ্রে হৌথ্রে, থোইদোক্না পুকচেন ফজবা মচা পামজিবা অশ্বপতিনা সাবিত্রী কৌবী দেবীগীদমক মৈদা হোম কয়াম্মু কংখি। অদুগী তুংদা যজ্ঞ অগ্নিহোত্র কুণ্ডদগী হোম তৌবা খুদক অদুমকদা নিংথৌ অশ্বপতিগী নাংমক্তদা ভগবতী সাবিত্রী দেবী প্রত্যক্ষ দর্শন পিবিগ্রে।

অথাগ্নিহোত্রে সাবিত্রী তস্য প্রত্যক্ষতাং গতা।
বরং দদৌ নৃপায়াথ কন্যা তব ভবিষ্যতি॥ ১০
বংশস্থিতিকরী বাক্যং ন বক্তব্যং ত্বয়ানঘ।
ইত্যুক্ত্বান্তর্দধে দেবী সাবিত্রী নৃপসত্তম॥ ১১
অথ সা মালবী রাজ্ঞো মহিষ্যশ্বপতের্নৃপ।
প্রাসূত কন্যাং সংযুক্তাং লক্ষণৈর্লোকসুন্দরীম্। ১২

---

অদুগী তুংদা নিংথৌগীদমক দেবীনা বর অমা পিবিখি, হে নিংথৌ। ঐহাক নহাক্কী পূজা হোমদা পেল্লে শোইদনমক নহাক নচা মপী অমা ফংলগনি রাকুরগনু। হে পাপ চংদ্রবা। নহাক্কী বংশ (শাগৈ) অসি লেংলরোই ময়েং তাবরোই, মপীনি হাঙ্গবগীদু চিংনগনু রাকুরগনু হে নিংথৌ অথোইবা। অসুম্না দেবী সাবিত্রী দুর্গা লাইরেম্বীনা রাকম কয়া অসি তাকপিরম্লগা দেবী অন্তর্ধ্যান ওইথ্রে মাংথ্রে। ৯—১১

অনুবাদ—অদুগী তুংদা নিংথৌ মহারাণী অনিগী মজা ইবেম্মা অয়াম্বা লক্ষণ কয়ানা চম্থোল্লবী হাঙ্গবদি নিংখিজববা মযামগা মান্নদবা থোইনা হেন্না পুন্নমক্তগী অরাংপা নৈত্রবী শকচুদা মগুন নৈবী থোইনা হেন্না ফজবী হাঙ্গরিবা মগুনশিং অসিনা লৈতেংলবী মচানুপী অমা মহারাণী মালবীনা পোকচখি। দেবী সাবিত্রীনা পিখিবা বর অদুনা মবম ওইদুনা মচাসি পোকচখিবনি অথোইবনি, অদুগী তুংদা মপা ওইবা নিংথৌ অশ্বপতিনা মচানুপী কন্যা অদুগী মমিংনা দেবী সাবিত্রীবু পূজা কচ্চবদগী ফংজবনি হাঙ্গবদগী পুরো-হিতনা নাম করণ তৌদুনা মমাগী তম্বাক্তা পম্লবী মচাগী ওইখংবা

সাবিত্র্যা ববদানেন যস্মাজ্জাতেয় মুত্তমা।
সাবিত্রীতি ততস্তস্যা নাম চক্রে পিতা নৃপঃ ॥ ১৩
অথ সা বাজভবনে ববৃধে লক্ষণান্বিতা।
অতীত শৈশবা রাজন্ বভূবাদ্ভুত দর্শনা ॥ ১৪
ন চ তাং বরয়ামাস কশ্চিদাগত্য ভূমিপঃ।
বাজা চ চিন্তযাবিষ্টা দুহিতুর্ব্বর কাবণাৎ ॥ ১৫

---

নাকোংদা মুমিংনা মুমশংবা নোংঙানবা নুমিত্রা সাবিত্রী হাঙ্গনা নমিং অসি থোনখ্রে। অসিগী তুংদা সাবিত্রী নিংথিজবা লক্ষন্না ডিন্দুনা নিংথৌগী শঙ্গাইদা নোংমা নোংমগী চাওখংলকখি থোইদোক হেন্দোক্না নোংমদোনথক্কী (আকাশগী) থাজগুম চাউখংলকখি ফজখি। হে বাজন যুধিষ্ঠিব। থোইদোক্না কৌমার ( অঙাংগী ) অবস্থাদগী পৌগণ্ড অবস্থা হৌখিহনা যুবতী অবস্থাগী অদ্ভুত দর্শন যেংবদা অঙকপা অমা ওইনা ফজবা হাঙ্গবদো ওইখ্রে। ১২—১৪

অনুবাদ—অহুবু লাইবক থিবা অমনা হে নিংথৌ ধর্ম্মবাজ। নতম অসিদা, কনাগুম্বা নিংথৌ অমা নত্রগা নিংথৌ মচা অমা, কোমুং অসিদা লাকুনা মহারাজ নজা ইবেম্মা অসি ঐগা ইমৌ ওইজবগে হাঙ্গবা রাফমসি কনামত্তনমু হাঙ্গবদ্রে, নিংথৌ অশ্বপতিনা রাথল তৌখি করি হাঙ্গনা, ঐগা ইচানুপী অসি মপুং নবে ফারক্রে অহুবু ওসি ফাওবদা কনাগুম্বা মহাক্কী মতিক চাবা বব অমা হাঙ্গবসি হন্না হন্না থনখি। মচাগীদমক থনবদা অরা শরুক ওইখ্রি।

উপায় ফংদ্রবদা অশ্বপতি মপাবুং নিংথৌনা হাঙ্গখি—ইপাগী তাংনা ফংজবী সাবিত্রী হে ইচা ইবেম্মা। ইপাগী রা অসি হঙ্গোইগনু চিংনগনু মুন্না অমুত্ত দি ভাও, হে নিংথিজবী নহাক্কীদমক মতিক

রাজোবাচ—

সাবিত্রি শৃণু মদ্বাক্যং বরং বরয় সুব্রতে।
স্বদেশ্যং পরদেশ্যং বা বংশজং গুণশালিনম্॥ ১৬

অথ সা পিতুরাজ্ঞাতা রথমারুহ্য শোভনম্।
যযৌ তপোবনং রম্যং বৃদ্ধামাত্যৈ বধিষ্ঠিতা॥ ১৭

তপোবনানি রম্যাণি সা বভ্রাম মনোহরা।
নানা তপস্বিন স্তত্র দদর্শ বিপুললক্ষণা॥ ১৮

বানপ্রস্থান্ বহুবিধান্ রাজর্ষীন্ সংশিত ব্রতান।
নানা তপস্বি সংযুক্তানপশুদ্দ শিংযান্বিতা॥ ১৯

---

মাবা বর অমা ঐগী লৈপাক্তা ওইরবসু অশাঙ্গা দেশতগী ওইববসু অচৌবা শাগৈদা পোকপা মতিক মগুন য়াম্না লৈবা অমত্তংদি খনু।

অসিগী তুংদা মপা নিংথৌ অশ্বপতিগী য়া অসি মুন্না খংলদুনা নিংখিজয়বা বথ (দোলাই) অমদা তোংলগা অহন ওইববা মন্ত্রিশিংগা লোইনদুনা স্বদেশ পবদেশ কযা কয়া নিংখিজববা পুক্লিং ভুনা ফজরবা উপবন অমদি তপবন কযা কযাদা কোইনা চতুনা যেংদুনা পতি বরনগীদমক যাত্রা তৌজখি। ১৫—১৭

অনুবাদ—পিতৃগী য়াথং ফংলবী সাবিত্রীনা পুক্লিং হারাওনা ফজ ফজববা তপবন কয়া কয়া য়েংদুনা চংখি। হাঈরিবা বনশিং অসিদা পাক-শন্না মিংয়েংজদুনা মথল মখা অয়াম্বা তপস্বি কযা উজখি। থোইদোক্না মযুম মকৈ লন থুম পুন্নমক নাপিগুম্না খল্লবা

ততঃ শাল্বপতেঃ পুত্রং দ্যুমৎসেনস্য ভূপতেঃ।
মনসা বরয়ামাস সত্যবন্তং স্বকং পতিম্॥ ২০
অথাগতায় নগরং সা পিতুঃ প্রীতিবর্দ্ধিনী।
তস্মিন্ কালেঽশ্বপতের্নারদেন সমাগমঃ॥ ২১
অথ তং পরিপপ্রচ্ছ দেবর্ষির্নারদো নৃপম্।
কেয়ং কুত্র গতবতী তমথ প্রাবদন্নৃপঃ॥ ২২

---

অমদি অয়াম্বা অথোইবা নিংথৌ কয়া, বানপ্রস্থী কয়া কয়া অথাং কনবা ইন্দ্রিয় লাকশিনবা কয়া, য়ায়া নোঙ্কুপা, মথল মথা অয়াম্বা তপস্বিত লাইনিংবা কয়া কয়া মকম অদুদা, সাবিত্রীনা দর্শণ কাৎলে অমুবু অদুম ওইরবস্ আশাগী পূর্ণদি ওইদে।

পুম্নমক অসিগী তুংদা শাল্বদেশকী মপু দ্যুমৎসেন হাঙ্গনা কৌবা নিংথৌ রাজ পুত্র ওইবা মা ডাংবদা সত্যবাদি ওইবা কায়রোইদবা রায়াম ডাংনবা অওইবা অচুম্বা মহাকী চরিত্র ওইবা রাজ কুমার সত্যবানবু, ঐগী খামি ইপুরোইবা ওইরগে হাঙ্গদুনা মহাকী পুক্লিংনা ইচ্ছা বয়ন তৌজগ্রে। ১৮—২০

**অসিগী তুংদা রাজ পুত্রী সাবিত্রীনা রাজ মন্ত্রীশিংদা মিংশিংজদুনা স্বদেশ যাত্রা ওইরকচৈ।

অনুবাদ—অস্মুম্না মপাবুং অশ্বপতিগী অপেনবা হেনগৎহন্নবী মচা ইবেম্মা সাবিত্রীনা নগর কয়া কয়া চৎলুরবা তুংদা মমুমদা হল্লকখ্রে। হাঙ্গরিবা সাবিত্রীনা হল্লকপা মতম অসিমক্তদা অশ্বপতিগী মকমদা মতাং চানা দেবর্ষি নারদনা থুংলরে। অদুগী তুংদা দেবর্ষি নারদনা নিংথৌদা মাহং থম্ব হংখি। কনানো মুপীমচাসি কদাইদা

বনং তপোবনগতঃ পত্ন্যা বালিশুতেন চ ।
তপস্যাভিরতস্তস্য তস্য পুত্রো গুণাকরঃ ॥ ২৭

সত্যবান্নাম বৈবর্ণে মনসা ন বৃতো ময়া ।
এবমুক্তস্তয়া পুত্র্যা স রাজা প্রাহ নারদম্ ॥ ২৮

রাজোবাচ—

ভগবন্ কীদৃশো বাজ পুত্রো বাসৌ বৃতোহনয়া ।
কে গুণাস্তত্র বা সন্তি কে দোষাশ্চ মহামুনে ॥ ২৯

---

অনুবাদ—হাঙৈরিবা শাম্বদেশকী নিংথৌ দ্যুমৎসেন অসি মেক্রেনদগী মাইথিরবা তুংদা বন্দা মহাকী লোইনবী পত্নি ১মুং অমসুং গুইরিবা মচানুপা লোইননা চৎখ্রে । তপস্যা তৌবদা য়াম্না পুক্নিং চংবা অহুপুম্বা দ্যুমৎসেনগী মচা ইবুঙোসে গুন খিবিক পম, রূপ হম গুন পুম্নমক্কী আকবনি তুংনকমনি অরাংপ লৈতবনি ।

হে মুনি । মহাক অহুগী মমিংনা সত্যবান কৌই । মহাকপু ঐনা ঐগী পুক্নিংনা খনিজখ্রবনি । মতৌ অমুম্না অহুপুম্বা বাজকন্যা সাবিত্রীবা হায়দুনখিবা রাইতম্ মপাবুংগী নারদগী মফমদা অসুম্না হায়খ্রবদি । মতাং অদুদা অমুক হন্না তানা অশ্বপতি নিংথৌনা হাঙজখি—হে ভগবান, হে মহামুনি ঃ ঐগী ইচানুপী সাবিত্রীনা বরণ তৌখ্রিবা অহুপুম্বা নিংথৌগী মচা অদু করম্বা নিংথৌ মচানো গুণ্ন করম্বা মীয়া লৈবনো হে ঋষি তাককদুনবিয়ু; মহামুনিদি মফম খুদিং শিন-তুনা তঙলনবি পুম্নমক উবিবনি থংবনি । মহোৎনা করম্বা দোষ, করি লৈবদা করম্বা (ফজনা) গুণ্নদি থংজনিংই । ২৭—২৯

এতৎ সর্ব্বমশেষেণ কথয়স্ব মুনে মম।
এবমুক্তস্ত্বশ্বপতিং নারদো বাক্যমব্রবীৎ॥ ৩০

মহাত্মা সত্যবান্ বাগ্মী শীলবান্ প্রিয়দর্শনঃ।
মাতৃ পিতৃ হিতে যুক্তঃ পণ্ডিতঃ শূরসম্মতঃ॥ ৩১

আচারযুক্তঃ সুমনাঃ সত্যবাদী দৃঢব্রতঃ।
এতে চান্যে চ বহবো গুণাঃ সত্যবতি প্রভো॥ ৩২

দোষস্ত্বেকো মহাংস্তত্র গুণানাক্রম্য তিষ্ঠতি।
অদ্য প্রভৃতি রাজেন্দ্র বর্ষমেকং স সত্যবান॥ ৩৩

---

অনুবাদ—হে মুনিদেব! ঐগী ইফমদা চিংনবা লৈতনা পুন্নমক মথাক থম্বীদনা অচুম্বচুমক হাঈবিগদবা ওই।

অসুম্না হাঈরক্রবদা নারদ ঋষিনা অশ্বপতি নিংথৌগী মফমদা রা অসি হাঈখি—মহারাজ, রাজ কুমার সত্যবান অসি মান্না মতিক মগুন লৈবা মীনি, মহাক্তী বাগ্মীনি রা ঙাংবদা যাম্না চাংদম্বা, রায়াম ঙাংদবা ফজবা শীলবান ওইবনি। চরিত্র ফজবনি স্বভাব ফজবনি যেংবদা রাম্না নুংশিবা, মমা মপাগী অনিগী ফননবদা মপুক্লিং চংবনি, অথৌবশিংগী মপুক্লিং চিংশিনবা, পণ্ডিতকী রাখমস্থ তিনবা অঙাংনি, সদাচার ফজবা, পুকচেল ফজবা, অওইবা অচুম্বা রাতমক ঙাংবা ব্রত লিংখিবা নিয়ম চুম্না তোগনবা অমিদগী তোঙনবা অতোপ্প মগুন কযামুকস্থ লৈরি মাগী মফমদা শিংথাবা লোইরক্লোই মহাক্তী প্রভুনি হাঈবদি সত্যনা তিল্লবা সত্যবাদি মহারাজ। ৩০—৩২

অনুবাদ—হে রাজন্ অমুক য়াম্না ফগ্রবা নিংথৌ মচাসি মগুন পুন্নমক্তা আক্রমন তৌরবদা চাওপ্রবা দোষ অমতংদি মহাকী মফমদা

জীবিষ্যতি ততস্ত্বায়ুস্তস্য হানি মবাপ্স্যতি।
তৎ সাবিত্র্যা ন বিহিতং ভদ্রমেতৎ কদাচন ॥ ৩৪

অন্যং বরং বরয়তু সাবিত্রী নৃপতেঃ সুতম্।
এতচ্ছ্রুত্বা তু সাবিত্রী প্রত্যুবাচ শুভাননা ॥ ৩৫

দীর্ঘায়ুরথবাল্লায়ুঃ সগুণো নির্গুণোঽপি বা।
সকৃদ্বৃতো মযা ভর্ত্তা ন দ্বিতীয়ং বৃণোম্যহম্ ॥ ৩৬

স এব সত্যবান্ ভর্ত্তা ময়া যো মনসা বৃতঃ।
সকৃদংশো নিপততি সকৃৎ কন্যা প্রদীয়তে ॥ ৩৭

---

লৈরিএ। ওসি হাঙবা মুমিং অসিদগী হৌদুনা সত্যবান অসি হে নিংথৌ মুপ্নগী চহি অমত্তনি মহাক্না হিংগদবা, অদুগী তুংদদি সত্যবানগী আয়ু মপুন্সি মগুন নোংম নোংমগী মল্লেং তারগনি। মরম অসিদগী সাবিত্রীগী করিগুম্বদা মহাকী মঙ্গল লাইবক ফবা হাঙবদো ওইবরোই।

মবম অসিনা নিংথৌগী মচানুপী সাবিত্রীনা অতোপ্পা বর অমা বরণ তৌবনা অফবা ওইগনি। অসিগুম্বা রা অসি হেক তাবদা সাবিত্রীনা নারদ মুনিগী মফমদা পাউথুম অসি পিখি। ৩৩—৩৫

অনুবাদ—হে মুনি! মপুন্সি য়াম্না শাংবা ওইসনু অত্থু নত্রগা মপুন্সি তেনবনু ওইসনু, অমুক্তং অহানবমক্তদা বরণ তৌরবা, অনিগুবা ভর্ত্তা অমা অমুক বরিরোই। অসিগুম্বা রাজপুত্র সত্যবান মহাক অসি ঐগী স্বামিনি হাঙনা ঐগী পুক্লিংনা বরিজপ্রবনি।

সকৃদাহ দদানীতি ত্রীণ্যেতানি সতাং সকৃৎ।
মনসা নিশ্চয়ং কৃত্বা ততো বাচাভিধীয়তে ॥ ৩৮

ক্রিয়তে কর্ম্মণা পশ্চাৎ প্রমাণং মে মনস্ততঃ।
নারদেনাথ সাবিত্রী বাক্যৈর্নানাবিধৈঃ শুভৈঃ ॥ ৩৯

নিষিধ্যমানাপি ভৃশং নান্যং বরমমন্যত।

নারদ উবাচ—

স্থিরা বুদ্ধির্নরশ্রেষ্ঠ সাবিত্র্যা দুহিতুস্তব ॥ ৪০

---

মরম অসিনা হে মুনি। ঐ ইপুরোইবা অনিশুবা ওইথোক-লোই। তাবিয়ু মচা মিতোম শত্রু দান তৌরগে অমুক্তং বাগ্দান লেপকপ্রমদি শোইদনা হেক্তা দান তৌই। হাঙ্গিবদি হাঙ্গদোকপ্রবা হাইহেন্নিঙ্গি অরেপ্পা ওইনা লৌমেরে। খোইদনা দান কংলগনি অহমশুবা অমমুক জ্ঞান মৈথা মাধুশিংনা কৈদোইদা চংবা তৌদে, মরমদি হে মহামুনি। মীওইবগী হাঙ্গদোকপ্রবা বাহৈ হাঙ্গিবসি পুক্নিংনা হন্না হন্না বিচার তৌরগা মপান থোক্না ফোংদোক্লিবনি রাজর্ষিনা ঐগী অ্যাশা থুগাইরিরোই। ৩৬—৩৮

অনুবাদ—মায়বক হাঙ্গলি, কর্ম্ম অদুবা মরম ওইদুনা তৌরিবা প্রমাণ কয়া অদুগী মতুংদা ঐগীসু অরেপ্পা পুক্নিংনি। নারদ ঋষিনা হাঙ্—সাবিত্রীগী মথল মথা অয়াম্বা রাশিং অসি অফবা ডাক্তনি, অসিনা মরম ওইদুনা মঙলগী রাফম কয়া ককথংলবসু খোইদোক হেন্দোক্লা অতোপ্পা বর অমা সাবিত্রী পুক্নিংনা নিংখিদ্রে, হে রাজন্! ঐহাক ইপুবোইবা অনিশুবা ওমজররোই অশুম্বা পাউখুমনৈনে।

নৈষা বারয়িতুং শক্যা ধর্ম্মাদস্মাৎ কথঞ্চন।
নান্যস্মিন্ পুরুষে সন্তি যে সত্যবতি বৈ গুণাঃ
প্রদানমেব তস্মান্মে রোচতে দুহিতুস্তব। ৪১

মার্কণ্ডেয় উবাচ—

রাজন। এবমুক্ত্বা সমুৎপত্য নারদ স্ত্রিদিবং গতঃ।
রাজাপি দুহিতুঃ সর্ব্বং বৈবাহিকমকারয়ৎ। ৪২
অথান্যা নিশ্চয়ং বুদ্ধ্বা স রাজাশ্বপতিস্তদা।
রথমারোপ্য তাং কন্যাং প্রযযৌ স পুরোহিতঃ॥ ৪৩

---

অসিগী তুংদা নারদনা হাঈখি—সাবিত্রী মহাক্কী মী অথোই-বীনি মহাক্কী লেংদ্রবা বুদ্ধিনি, সাবিত্রীগী অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিদগী কনাগুম্বা অমনা খাম্বা হাঈবদে। ওয়রোইদবনি, অতোপ্পা পুরুষ অমদা অচুম্বা ভাংবা অতোপ্পা মগুন কয়ানম্ লৈবা ওইসম্ যাররোই নচাম্নুপী সাবিত্রী অসে দান তৌগ্রবনি, মবম অহুদগী ঐস্ম অতোপ্পা অমা পামদ্রে। ৩৯—৪১

অনুবাদ—মার্কণ্ডেয় মুনিনা হাঈখি, রাজন। হে ভরত শাগৈগী অথোইবা। অসুম্মা হাঈরম্লগা মহামুনি নারদনা চোংখৎখিদুনা আকাশমণ্ডলদা চৎখ্রে। নিংথৌ অশ্বপতিনসু মচাম্নুপী সাবিত্রীগী বিবাহগী ওইবা থৌরাং কয়া পাংথোকহনখ্রে।

অদুগী তুংদা সাবিত্রীগী অবেপ্পা অচেৎপা রাযমসি মুম্না খংলদুনা মতম অমুদা নিংথৌ ওইবা অশ্বপতিনা রথ দোলাইদা তোংদুনা মচাম্নুপী রাজ কন্যা সাবিত্রীবু পুরোহিৎনচিংবা কয়া লোইননা তপবন যাত্রা তৌখ্রে।

তপোবনং মুনিগণৈরাবৃতং বৃত সন্ততিঃ।
অথ সোঽশ্বপতির্গত্বা দ্যুমৎসেনং মহীপতিম্। ৪৪
উবাচ নৃপতে কন্যা মমেয়ং বরবর্ণিনী।
ভবৎসুতং সত্যবন্তং বরয়ামাস চেতসা। ৪৫
তত্ত্বমেতাং শুভাং রাজন গৃহাণোপহৃতাং ময়া।
এবমুক্তো দ্যুমৎসেনঃ প্রত্যুবাচ নৃপস্তদা॥ ৪৬
বয়ং রাজ্যাৎ পরিভ্রষ্টা ধনহীনাশ্চ সর্ব্বশঃ।
চক্ষুর্হীনো তথা চাবাং দম্পতী বসুধাপতে। ৪৭

---

অসিগী তুংদা নিংথৌ অশ্বপতিনা পুম্নমকপু বনগী মচি অমদা ধনম্নগা মতোমত্তা তপবন্দা মুনিশিংনা কোইশিন্না লৈবিবা লৈপাক্কী মপু ওইরম্বা দ্যুমৎসেনগী মফমদা ইকাই খুম্নবা খুৎ লোনদুনা হাঙ্গজখি। "হে রাজন্! মদ্রদেশগী নিংথৌ অশ্বপতিনা নোঙ্গুক্না হঙ্গৎচবি।" ৪২—৪৪

অনুবাদ—হে নিংথৌরেল! অসিগুম্নবী ঐগী ইচানুপী সাবি- ত্রীনা নচা ইবুঙোবু বরণ তৌজগ্রে। মরম অসিনা অচেৎপা রাখলগা লোইননা নচা ইবুঙো সত্যবানগী মফমদা বরিগ্রবনি। হে রাজন্ নিংথৌরেল! অসিগুম্নবী শেংলবী সত্যবতী ওইবী ঐগী ইচাসি চানবিদুনা অমুক্তদি নমৌ ওইনা লৌশিনবিয়ু হঙ্গৎচরি।

মতৌ অসুম এইরবদা মতম অদুদা নিংথৌ দ্যুমৎসেনা মতিক চাবা পাউথুম পিখি। হে মহাশয়! পুকচেল চাওবা, ঐখোয় অসে রাজ্য অসিদগী পুম্নক মাইথিবা ফংলবা অমদি লন থুম মাংলবা

অন্ধযষ্টিরয়ং বালস্তৎকন্যার্হো ন ভূপতে।
অথাশ্বপতিরাচখ্যৌ দ্যুমৎসেনং মহীপতিম্। ৪৮
যাদৃশস্তাদৃশো বাস্তু তব পুত্রো মহীপতে।
তথাপি তব পুত্রায় সুতাং দাস্যামি শোভনাম্। ৪৯
অথ সোঽশ্বপতিঃ কন্যাং সাবিত্রীং সমলঙ্কৃতাম্।
দদৌ সত্যবতে রাজা সন্নিধানে তপস্বিনাম্। ৫০

---

লৈজরবনি অমদি অসিগীদু মথক্তা মিং অনিমক তাংলবা ঐথোয অনিনি। অসিগুন্না অডাং অসিমু ঐথোয়গী তাংলবা মিংকী চৈগুনি। হে লৈপাকী মপু। অডাং অসি কন্যাগী (নজা ইবেম্মাগী) বর ওইবদা মতিক চাদে ঐ থমলোই।

অসিগী তুংদা অশ্বপতি নিংথৌনা, হে নিংথৌরেল। লৈপাক মপু দ্যুমৎসেনগী মকমদা অমুক হন্না হাঙ্গজখি। ৪৫—৪৮

অনুবাদ—হে নিংথৌরেল। মহাবাজগী নচাসে যহা তহা অমা ওইরবসু অমবু ওইরবসু অহুম ওইনমক নিংথিজবদা ঐগী ইচানুপী সাবিত্রী অসি নহাকী নচা সত্যবানগীদমক ঐনা দান পিবা হাঙ্গবসি ঐগীদি অবেপ্পা ধর্মনি কৎলগনি। ৪৯

মন্তব্য—"হে মদ্রদেশকী অধিরাজ নিংথৌ। নয়াখং ঐনা থাজ-খিদে, মরমদি মমাংচত্তা তমখিরবা নিংথৌ মচা কয়া কয়ানা নমথাক তৌহনা অমাং-মতা কয়া থোকহনখি। শুসি ঐগী অবস্থাসি ফং-লিবসিনি। হৌজিক্তি হে পুকচেল চাওরবা। নিংথৌ অশ্বপতিগী মজা ইবেম্মাবু মিং তাংলবা তাংলবী অনিগী মথৌ ওইনা ফংজবদি স্বর্গ ফংবনি হে মহারাজ। নিংবা থুংবিরো ঐ য়ারে।"

দক্ষিণামপি গাং দত্বা সমর্প্য চ সুতাং তদা।
আজগাম স্বনগরং স রাজা সপুরোহিতঃ ॥ ৫১
গতে পিতরি সর্ব্বাণি সন্ত্যজ্যাভরণানি চ।
জগৃহে বল্কলান্যেব বস্ত্রং কাষায়মেব চ ॥ ৫২
অথ সা রাজতনয়া সাবিত্রী সুগুণান্বিতা।
শ্বশ্রূশ্বশুরয়োঃ সেবাং ভর্ত্তুরপ্যকরোৎ সদা ॥ ৫৩

---

অসিগী তুংদা নিংথৌ অশ্বপতিনা মচা ইবেম্মা সাবিত্রীবু কজবা অলঙ্কার কয়াগা লোইননা তপস্বীশিংগী মমাংমক্তদা সত্যবানগী মফমদা দান কৎখ্রে। "সাবিত্রী পুষ্পমালা কৎখ্রে।" ৫০

অসিগী তুংদা অশ্বপতিনা মচা ইবেম্মা সাবিত্রী দান কৎলবদা অয়াম্বা ব্রাহ্মণ, পুরোহিত, অহল-লমন, মুনি-ঋষি পুম্নমক্কী দান ধর্ম্ম, দক্ষিনা, সনা, মনি-মুক্তা, যণবী কয়া কৎখ্রে। "সত্যবানসু গুণ কয়ানা লৈতেংলবী রাজ কন্যা কংজবদা হরাওজখ্রে, সাবিত্রীসু সত্যবাদী ওইবা মপুরোইবা ফংজরবদা থোইনা পেনজখি।" ৫১

মন্তব্য—"অশ্বপতি মালবী মমা মপা অনিনা নিংথৌ দ্যুমৎসেন শৈব্যা মহারাণীগী মফমদা থুরুমজুনা বিদায নিখি। মচা ইবেম্মাগী মনাক্তা চংখি—মপাবুং অশ্বপতিনা ইপাগী ইবেম্মা হে সাবিত্রী' গুরুজন অনিগী পেনবিনবা সেবা চেকশিন্না তৌকো, নপুরোইববু ঈশ্বরমক্তি থল্লুকো আশীর্ব্বাদ পিরি। মচানা মপাবুং থুরুমজে, কাইনা মৈনা মিত্তগী পিবাং শিন্দুখি, মচাগী রাখন্দা অৱাবনা চিন্তা তৌনা থোরকখি।"

ভক্ত্যা পরময়া সাথ শ্বশ্রূশ্বশুরয়োঃ সদা।
ভর্ত্তুশ্চ দয়িতা হ্যাসীত্তাপসা নাঞ্চ সম্মতা ॥ ৫৪
ততঃ সা নারদবচো ধ্যায়ন্তী চ সুচেতসা।
গণযামাস দিবসান পক্ষং মাসং তথায়নম্ ॥ ৫৫

---

মন্তব্য—মহারাণী মালবীনসু মচাগী মফমদা চংলগা চাওরবা বনগী মতুংদা মচা থনম্লগা চংলগনিকো থলুবদা গদ্ গদ ওইবা রাহৈনা ইমাগী ইবেম্মা ইমাবু কবি ওইবশিংগোন নং লৈহৌবোকো। মচাবু মঙ্গল পিবম্লগা হিক হিক্ লাওবা রাহৈনা মচা নাইনরণী থণবীগুম হ্যুমৎসেন অমদি শৈব্যা নিংথৌ মহারাণী থুরুমলগা পুরোহিতকা লোইননা স্বদেশ মালব মরৈপাক হল্লকখ্রে।

মপাবুং অশ্বপতিনা চৎথ্রবা মতমদা সাবিত্রীনা অয়াম্বা সনা, লুপা মমল য়াম্লবা আভরণ কয়া থাদোক্লগা মপুরাইবগী মফমদা তাপসী বেশ নিজখি। " য়াথং পিবিথ্রে বাজ কুমারীনা গেরুম্বা মচুগী আভবণ লৈতেংবদি · কনাগুমথ্রে ফজখবেদা ভগবতী দুর্গাগুম নিংথিজখ্রে পকচখ্রে ভগবতীমক মাল্লি।" ৫২

অনুবাদ—অসিগী তুংদা হাঙ্গবদি অলঙ্কার পুম্নমক থাদোক্লবা অচুগুম্বী নিংথৌগী মচাম্বুপী সাবিত্রীনা থোইদোকনা হরাউজনা মতম চুপ্পদা মনেম মকু অনিগী অনসুং স্বামি ওইবা সত্যবানগী অমদি তপসী মুনি ঋষিশিংগী নিংথিজনা সেবা তৌজখি। ৫৩

থোইদোক হেন্দোকপা ভক্তিগা লোইননা মকু মনেমগী সেবা তৌই অমসুং চান্নরবা সত্যবানগী তপস্যা তৌবদসু, পুক্রিং চংবদসু সাবিত্রীনা থোইদোক্লা পুক্রিং চংবা ওইজখি।

ততস্ত্রিরাত্রমাত্রেণ তস্মিন্ সংবৎসরে গতে।
শ্বশ্রূশ্বশুরয়োঃ পত্যু রাজ্ঞাং জগ্রাহ সা সতী ॥ ৫৬
কর্ত্তুং ব্রতং ত্রিরাত্রাখ্যমুপবাসসমন্বিতম্ ।
তথ তস্মিন্ দিনে প্রাপ্তে নারদেন নিবেদিতে ॥ ৫৭
সত্যবান বিপিনং গন্তুমুপক্রমমথাকরোৎ ।
স্কন্ধে পরশুমাদায় হস্তে কৃত্বা করণ্ডিকাম্ ॥ ৫৮

---

মন্তব্য—অসিগী তুংদদি মতিক মশুন লৈববা মমাংদৈদা (বর যংবা কান্দা) নারদনা হাঈখিবা য়া অদু মতম চান নিংশিংজে শুক কাও কাওজদে নোংম-নোংমা হৌখিবনা থা অমা তুমিৎ ১৫নি অমদি ওইবক্লিবা মুমিৎ কয়ানিস্নু ঙসি হযেং হাঈদুনা মশিং থিবাক্রে।

অসিগী মতুংদা চহি অমগী লৈরম্লিবা তুমিৎ অহিং অহুমতা ঙাইশিল্লকুবা অবোইবসিদা অহুগুম্বী রাজবধী সাবিত্রী লৈবা যাশিল্লাক্তে মকু মনেম অনিগী মকমদা চংজে হঙ্ংচৈ "মনাই এ ত্রিরাত্রা ব্রত তৌজগে আজ্ঞা পিনবিয়ু" হমৌগী বাহৈ তাবগা তাকপিখি—ঙনৌবরী নংনা তুমিৎ (৩) নি চুপ্পা ব্রত তৌবা য়াগনি নহুৎ শিনবিগে তাকপি, সাবিত্রীনা হাজখিদে। "মনাই কবিমত্তা রাজকোই য়াথং পিনবিয়ু" হয়া হয়া হজৎচৈ মপুরোইবা সত্যবানগী অযাবা য়াথংবুসু লৌজখ্রে। ৫৩—৫৬

অনুবাদ—অমুম্মা সাবিত্রীনা ত্রিরাত্রাখ্য কৌবা হাঈবদি অহিং অহুম চুপ্পা চয়াচেনবা চাদবা, ঈশিং ফাওবা পক্তবা হাঈরিবা ব্রত অসি তৌজগে হাঈবা সকম্নু হৌজখরে। অদুবু হে মহারাজ

ফলং কাষ্ঠং তথানেতুম্বাশ্বাস্য পিতরৌ তদা।
সাবিত্রী চোদিতে সূর্য্যে কৃত্বা পৌর্ব্বাহ্নিকীং ক্রিয়াম্ ॥ ৫৯
সর্ব্বানেব দ্বিজান্ বৃদ্ধান্ শ্বশ্রূং শ্বশুরমেব চ।
অভিবাদ্যানু পূর্ব্বেণ প্রাঞ্জলি র্নিয়মস্থিতা ॥ ৬০
অবৈধব্যাশিবস্তেষাং জগ্রাহ বিনয়ান্বিতা।
শ্বশুরাবথ সাবিত্রী জগাদৈকান্ত মাশ্রিতা ॥ ৬১

---

যুধিষ্ঠির। বিধিনা তমখ্রবদা কর্ম্মনা ককপা ভমদে মতাগুম ব্রত হৌরমদাইদা সাবিত্রীনা হাঙ্গৈজখি—"মুমিং হুমনি অসিদদি ননাইবু থাদোকপিগনু ননাইবু শংবিযু।" অতুম ওইনমক ওসি অরোইবা নুমিত্তা মাইকৈ অমরোমদগী যজ্ঞগী শীং লৈত্রে সত্যবান লাওরক্রে, তারবদা মুনি ঋষিশিংগী সেবাদা পুক্লিং হাপচপ্রবা সত্যবান্না শোংলবা বন্দা চংনবগীদমক থৌবাং লোইখ্রে। লেংবান্দা শিংজং রানশিল্লে উটৈ (হৈ, লৈ) হাপ্লবা পাত্র মথুত্তা পাঙ্গৈরগা মতম অতুদা মাত্তা পিতাদা (খংহল্লগা) হঙ্গংচরগা শীং থিবা চংখ্রে। সাবিত্রীনু মুমিং থোকপা মতমদা অযুকী সন্ধ্যা ক্রিয়াবু লোইরগা ব্রাহ্মণশিং অহন ওইবশিং অমদি মনেম মকু পুন্নমক্কী মফমদা খুং অনি লোন্নদুনা যাম্না নোল্লুক্না মথক্তা হাঙ্গৈরিবা নিয়ম কয়াসি মাংওইনবগা পুন্নমকপু প্রণাম তৌজে। ৫৭—৬০

অনুবাদ—সাবিত্রীনা ব্রত অসি হৌগংলকপদা যাম্না বিনয়গা লোইননা হাঙ্গৈরিবা গুরুজনশিংদা নুপ্সা ওইদবা সাধবী ওইজবা মঙ্গল আশিষ অসি পিনবিযু নিজখি, লৌজখি।

বিপিনং দ্রষ্টুমিচ্ছামি সহ ভর্ত্রা কুতূহলাৎ।
তামূচতু স্তৌ শ্বশুরৌ পারণা দিবসং তব॥ ৬২
অকৃত্বা ত্বং কথং গন্তুং বন মিচ্ছসি শোভনে।
অথ প্রোবাচ সাবিত্রী নেদানীং পারণা ময়া॥ ৬৩
কর্ত্তব্যা সহ ভর্ত্রা তু গন্তব্যং বনমেব হি।
অস্তং গতে ময়া সূর্য্যে ভোক্তব্যং কৃতকাময়া॥ ৬৪
ন পত্যুঃ সন্নিধৌ ক্লান্তি র্মম কাচন বিদ্যতে।

মার্কণ্ডেয় উবাচ—

ততোঽনুজ্ঞাং প্রদদতু স্তস্যৈ তৌ শ্বশুরৌ তদা।
জগাম সত্যবান্ সোঽপি বিপিনং সহ ভার্য্যয়া॥ ৬৫

---

সাবিত্রীনা অসিগী তুংদা পুক্লিং অনি লোংদবা অমমুক থন্দ্রবা শোংলবা য়াথন্দা মনেম মকু অনিমক্তা হাঙ্গৈজখি। মনেম মবু অনিনমু সাবিত্রীগী মফমদা হাঙ্গৈখি থংহনখি—"ভসি অসি নহাক্কী পারণা তৌবা মুমিংনি অদুগুম্বা পারণাদু তৌদনা মতৌ করম্না থন্দা চংকে থল্লিব্বা হে নিংখিজরবী নংনা।"

অসিগী মতুংদা সাবিত্রীনা হাঙ্গৈজখি—"হৌজিকমক ননাই ঐ পারণা তৌজখিরোই, হৌজিকমক্তি বন্দা চংকদবা অসি ঐগী থৌদাংনি।" মুমিংসিনা তাপ্রবা মতমদা ননাইম। স্বামিগা লোইননা পারণাবু তৌজগদবা ওই অমুম্না হাঙ্গৈজখি।

"ন পত্যুঃ সন্নিধৌ ক্লান্তি র্মম কাচন বিদ্যতে" স্বামিগী নাক্তা লৈরিঙৈদা ননাই ঐগী করিগুম্বা অরাবা করিমক্তা লৈজরোই সনা য়াথং পিনবিবো মনাইস্মু বন শোংবা চৎচরুগে। ৬১—৬৪

অনুবাদ—মার্কণ্ডেয়না হাঙ্গৈ অদুগী তুংদা সাবিত্রীগীদমক মতম

তত্র গত্বা ফলৈর্বস্ত্রৈঃ স করণ্ডীমপুরয়ৎ।
অথ কাষ্ঠং কুঠারেণ পাটয়ামাস সত্যবান্॥ ৬৬
তস্য পাটয়তঃ কাষ্ঠং মধ্যাহ্নে মহতী ব্যথা।
মূৰ্দ্ধি জাতা ততঃ সোঽপ সুষ্বাপ নৃপনন্দনঃ॥ ৬৭
সাবিত্র্যা উরুদেশ তু সন্নিবেশ্য শিরস্তদা।
অথ সা নারদবচো ধ্যায়ন্তী দৈবতানি চ॥ ৬৮

---

অদুদা মনেম মকু অনিনা থোক্তানগা লোইনবা য়াথং পিখ্রে, অম্মুম্ন' সত্যবান্না সাবিত্রীগা লোইননা মুব্রবা বন্দা চংখ্রে। অম্মুম্না সাবিত্রী সত্যবান অনিনা বন যাত্রা ওইবকপদা ফজরবা থম্বাল বন্দা থোই-মুনা ভং ভংদুনা পুম্প মধুপান তৌই, উজৈ য়েংজৈ অনিনা, তাম্নু কাওা অমোম থিবিক্লা লুংশিরবা থোক্লেম্না (কে কা কে ক।) হাঙবা কয়ানা কেনা কেনা থোংজে। জোরা জোবা লৈমিম্নৈ শায়মিম্নৈ, বন অদুদা চংলগা অফংবা উহৈ কয়ানা থুমোক অদু অনিনা থলহনখ্রে। অদুগী তুংদা অম্মুম লাকপদা মক্তগী শীং উরে, সত্যবান্ন' হাঙরকই—"চারুশিলে অগ্রে নিবস ত্বরু রয়ং ভাতি" নিংথিজববা মক্তগী শীং মাংদা লৈরে য়েংউ। মহাক মকম অসিদা বিশ্রাম তৌরো ঐ উ অসি য়াল্লুগে হাঙরম্লগা চংখ্রে। সত্যবান্না উ পাম্বী য়ানবা (ককপা) মতম অসে লুম্নিং যুংবা মতমনি, মহাক য়াম্না রাখ্রে অদুগী তুংদা মহাকী মকোক অদু তাওখ্রে। "কাল সর্পনা সত্যবানগী কোক্তা চিকখ্রে, মনাই সাবিত্রীবু য়াম্না য়াববা থোক্লেম্না মপুং কাদনা কৌরম্লগা লৈমাইদা তুথখ্রে। সাবিত্রী চেনশিনজৈ সত্যবানগী মকোক্না থুকউ মথক্তা থম্লগা (পাঙথলগা), লাইগী নোংদমগী

জগাম শরণং সাধ্বী ভর্ত্তুর্জীবন বাঞ্ছয়া।
অথ সা পাশহস্তঞ্চ কৃষ্ণং রক্তেক্ষণং যমম্ ॥ ৬৯
দদর্শ সত্যবৎ-পার্শ্বে স্থিতং বিপুল তেজসম্।
ততঃ সত্যবতস্তস্য রাজপুত্রস্য দেহতঃ ॥ ৭০
অঙ্গুষ্ঠমাত্রং পুরুষং নিশ্চকর্ষ যমো বলাৎ।
যমস্তু তং তদা বদ্ধা প্রযাতো দক্ষিণামুখঃ ॥ ৭১
তদানীং সা চ সাবিত্রী সম্ভ্রমা ক্রান্ত মানসা।
শনৈঃ শরীরং তদ্ভর্ত্তু র্মৃতং ভুব্যবশায় চ ॥ ৭২

---

এমাংঙৈদা দেবর্ষি নারদনা হাঙ্গৈখিবা রা অত্ত মতমসিদা কাওজদে, নিংশিংজে ঙাইহাকস্ম কাইনবগী মৈচাক (বিলাপ) অমুকস্ম মকম খংদনা মপুবোইবগী হিংনবগী রাকমতদা পুক্লিং থমখি। ৬৫—৬৮

অনুবাদ—স্বামিগী ওরাইতবু হিংবা পামজবা পতি ব্রতা ওইবী সাবিত্রীনা সত্যবানগী মকমদা চংজখি অমসুং শ্রীভগবানগী মকমদা মপুরোইববু হিংজবা পামজবা প্রার্থনা তৌজে। অসিগী তুংদা সাবিত্রীনা, মখুত্তা থৌবি পাঙ্গৈবা মুগুক মুবা, মমিৎ ঙাংশং ঙাংবা যমরাজবু পাকশন্না মডাল লৈবা সত্যবানগী মনাক্তা লৈবা অদু সাবিত্রীনা উৎখ্রে।

অদুগী তুংদা অদুগুম্বা নিংথৌগী মচা ওইরিবা সত্যবানগী হকচাং অদুদগী অঙ্গুষ্ঠমাত্রং থুংশিমুক্তা চাওবা নিপা অমা জীববু যমরাজনা নমতুনা থম্মোইদগী চিংথোকখি। মতম অদুদা যম অদুনা পুরুষদুবু থৌরিনা পুন্নগা মমাই মখা ওন্না চৎখি। হাঙ্গৈরিবা মতম অসিদা সাবিত্রীদুগী মপুক্লিং অদু তৌকম থংখিদ্রে। অদুগুম্বা স্বামিগী শিরবা হকচাং অদুবু য়াম্না তপ্না লৈমাইৎক্তা থমখি। হে নাথ। ইবুঙো ঙাইহাকতদি লৈবিরমথোকো, নমাই : ৬৯-৭২

বিনয়াবনতা ভূত্বা প্রাঞ্জলি র্যমমভ্যগাৎ।
যত্র পাশেন বদ্ধা তু পতিস্তস্যা যমোঽনয়ৎ ॥ ৭৩

যম উবাচ—

অথ তামব্রবীত্তত্র যমস্তু মধুরং বচঃ।
ত্বং নিবর্ত্তস্ব সাবিত্রী কুরুষ্বা স্যৌর্দ্ধদেহিকম্ ॥ ৭৪
গতিঃ হি কর্ম্মণাং ভিন্না নৃণাং সাবিত্রী শোভনে।
এবমুক্তা তু সাবিত্রী বৈবস্বত মভাষত ॥ ৭৫

সাবিত্র্যবাচ—

যত্র মে নীয়তে ভর্ত্ত তত্র যাস্যাম্যহং স্বয়ং।
পতিরেব গতিঃ স্ত্রীনামেষ ধর্ম্মঃ সনাতনঃ ॥ ৭৬

---

অনুবাদ—মফম কদাইদা ? অসি হাঙ্গৈত্না যাম্না নোল্লুকপা ইকাই খুম্নবগা লোইননা মখুৎ লোন্নত্না যমবাজগী মতুং ইন্দুনা চৎখ্র। সাবিত্রীগী পতি স্বামিবু থৌরিনা পুল্লগা যমনা পুবিখরে।

অত্নগী তুংদা যমনা থুম্নবা ফজরবা রা খবা সাবিত্রীগী মফমদা, মফম অত্নমকেদা হাঙ্গৈখি। যমবাজনা হাঙ্গৈখি—সাবিত্রী নং মফম অসিদগী হল্লো পাংথোকলুরো সত্যবানগী শিরবা হকচাংত্নগী তৌফম থোকপা অন্ত্যেষ্টিক্রিয়া তৌকরো নিংথিজববী সাবিত্রী। মীওইব-শিংনা কর্ম্মদগী তোঙানবা গতি অমা লৈত্তে মরম অত্নুনা হল্লো। যমনা রাফম অসি হাঙ্গৈরবদা সাবিত্রীনা যমরাজগী মফমদা হাঙ্গৈজখি সাবিত্রীনা হাঙ্গৈজে—মফম অত্নুদা (ঐগী ভর্ত্তা পুরিবা মফম অত্নুদা) ঐ ইশামকশু তুং ইনজগনি মুপীশিংগী ধর্ম্মাচাবদি মপুরোইবতনা গত্তিনি ধর্ম্মনি, কুইববা হোংবা যাত্রবা রাফমনি ধর্ম্মরাজ। ৭৩-৭৬

তপসা গুরুভক্ত্যা চ ভর্ত্তৃস্নেহেন স্তেন চ।
তব চৈব প্রসাদেন ন মে প্রতিহতা গতিঃ ॥ ৭৭
ধর্ম্মং প্রধানং মুনয়ো বদন্তি ধর্ম্মাধিপং ত্বামপি চামনন্তি।
সর্ব্বস্য লোকস্য হৃদঙ্করোঽসি সর্ব্বে ততস্ত্বাং শরণং প্রপন্নাঃ। ৭৮
অথ তুষ্টো যমঃ প্রাহ সাবিত্রীং সত্যবাদিনীম্।
বরং বরয় সুশ্রোণি সত্যবজ্জীবনাদৃতে ॥ ৭৯

---

অনুবাদ—সাবিত্রী। অকনবা তপস্যানা গুরুভক্তিনস্থ অদুগুম্বা ভর্ত্তাবু যুংশিজবনা অমদি নগাক্কী থৌজান (শক্তি) কযানস্থ সাবিত্রী ঐগী তৌভম্বা অসি নমহৎপা ওয়বোইদবনি। মুনিশিংনা হাঙ্গনবি—"ধর্ম্মনা মপুং ওইবা নহাকপু সম্মান ধর্ম্মগী মপুনি হাঙ্গনা তৌবি।" থম্মোই পানবা পুম্মমক্কস্থ অদুগুম্বা নঙোন্দা চংজফম ওইবিবনি।

অসিগী তুংদা যমরাজনা পেল্লদুনা হাঙ্গখি—সাবিত্রী। অচুম্বা ঋাতবু ঙাংলিবী সাবান শক্তম ফজবী, সত্যবানগী জীব থরাই নত্তবা বর অমমুক হাঙ্গরো সাবিত্রী, ঐ শোইদনা পিবগে। ৭৭—৭৯

মন্তব্য—"হে ধর্ম্মরাজ। ধর্ম্ম কৌবা লাই, ননাইবু চানবিদুনা তাকপিরি হৌজিক।" বর নিজৌ হাঙ্গবা নম্নাথং অদো ননাইদা করিবু কাম্নখিগদগেনে? ননাইন্দি হাঙ্গববু ইপুবোইবতনি, ইপুবোইবনা মঙ্গল ওইবগা মনাই ওইবী ঐগীস্থ অফবা নত্তবরনে? অসিগুম্লবা নিঙমদ্রবা কম্নানা থল্লবা সাবিত্রীগী ঋাহৈ অসি তাবদা, হে সাবিত্রি। তৌগনু তৌগনু ঐনা পিগদৌরিবা বরসি নিয়ু লৌদবা তৌগনু লেম্না মাংলোইদবনিনে হে দেবি। অহুদি ফরে ননাইদা পিনবিরো মঙ্গলগী মশক ওইরবা অদুগুম্বা বব অদে, হে যমরাজ।

সাবিত্র্যুবাচ—

মমান্ধৌ শ্বশ্রূশ্বশুরৌ তপোবন মুপাগতৌ।
সচক্ষুষ্মৌ ভবেতাং তৌ ত্বৎ প্রসাদেন সূর্য্যজ ॥ ৮০

যম উবাচ—

এবমস্তু নিবর্ত্তস্ব গচ্ছ শ্বশুরয়ো গৃহম্।
শ্রমস্ত্বা মস্পৃশদ্ ভদ্রে ত্বাং গ্লানীমিব লক্ষয়ে ॥ ৮১

সাবিত্র্যুবাচ—

শ্রমঃ কুতো ভর্ত্তৃ সমীপতো হি মে,
যতো হি ভর্ত্তা মম সা গতি ধ্রুবা।
যত. পতিং নেষ্যসি তত্র মে গতি,
দেবেশ ভুয়োঽপি বচো নিবোধ মে ॥ ৮২

---

অনুবাদ— হে ধর্ম্মরাজ। নুমিৎ কৌবা লাইগী মচা, ঐগী ইনেম ইকু অনিমক মিৎ উদ্রে মমিৎ লোইনা তাংলে, তপবনদা লাকুনা লৈ হে সূর্য্যজ। নহাকী থৌজাল্লা মখোয়বু মিৎ উবা ফংহনবিয়ু। ৮০

যমনা হাঈখি—মত্তুমক ওইবসনু হল্লা চৎলো নকু ননেম অনিমক্কী মুমদা হল্লো অরাবা লৈবরোই। হে নিংথিজবী। নহাক অসে অরাবদা মাইথোং হাল্লা মকশিল্লেনে। ৮১

সাবিত্রীনা হাঈখি—কদাইদগী অরাবনো। মবমদি ঐ অসি স্বামিগী মনাক্তা লৈজবিবনি, স্বামি সবা হাঈবসি ঐগীদি লেংদ্রবা ধর্ম্মনি মবুম অসিদগী ঐগী ইপুরোইবা পুবা মফমদা ঐসু চৎচগনি। হে ভগবন্। অমুক হন্না ঐগীদমক রা অমুক মথা তাবিবগনু,

সতাং সকৃৎ সঙ্গত মীপ্সিতং পবং,
তত পবং মিত্রমিতি প্রচক্ষতে।
ন চাফলা সৎ পুরুষেণ সঙ্গতি-
রতঃ সতাং সন্নিবসেৎ সমাগমে ॥ ৮৩

যম উবাচ—

তুষ্টোঽস্মি তেঽনযা বাচা বরং বরয শুব্রতে।
ঋ'ত সত্যবতো জীবাদ্ যদিচ্ছসি দদামি তৎ ॥ ৮৪

সাবিত্র্যবাচ—

হৃতং পুবা মে শ্বশুরস্য দৈবিভিঃ,
স্বমেব বাজ্যং লভতাং স পার্থিবঃ।
জহ্যাৎ স্বধর্ম্মং ন চ মে গুরুর্যথা,
দ্বিতীয়মেতং বরয়মেতং তে ববম্ ॥ ৮৫

---

সাধুশিংগী চান্নবা, মী তিন্নবা পাম্বা হাঙ্গৈবসিতনা অথোইব ধর্ম্মনি হাঙ্গৈ লেংবিযু লেংবিযু ধর্ম্মবাজ নবাই থৌগনজবি। ৮২

অসিগী তুংদা মরম অসিনা সৎসঙ্গতবু পামজবমা মীওইবগী অথোইবা মকপনি হাঙ্গনা শাস্ত্রনা ফোংদোকলি। অফবা মীগা তিন্নবা হাঙ্গৈবসি ফত্তবা নত্তে কংউমদবনি, সাধুশিংগী মফমদা লাত্রবদা চংশিনজবতনা নবাই ঐগীসু অপাম্বনি। ৮৩

অনুবাদ—যম ঐ পেল্লবনি হে সাবিত্রি নংগী অসিগুম্বা ব্রাত্তাং অসিমা হে সুব্রতে। হে ব্রতদা চঞ্জোনবী। হৌজিক অতোপ্পা বর অমমুক হাঙ্গরো, সত্যবানগী দেহনা হিংবা (থব্রাই) নত্তবা অতোপ্পা অমা পাম্নবদি মতুমক শোইদনা পিগনি। ৮৪

অনুবাদ—সাবিত্রীনা হাঙ্গজখি—মমাংচত্তা নবাই ইকু নিংথৌগী

যম উবাচ—

এবমস্তু নিবর্ত্তস্ব ত্বং সাবিত্রি স্বমন্দিরম্।

সাবিত্র্যুবাচ—

অদ্রোহঃ সর্ব্বভূতেষু কর্ম্মণা মনসা গিরা॥ ৮৬

অনুগ্রহশ্চ দানঞ্চ সতাং ধর্ম্মঃ সনাতনঃ।

সন্তুষ্টাশ্চৈব মিত্রেষু দয়াং প্রোক্তেষু কুর্ব্বতে॥ ৮৭

যম উবাচ—

জীবনেন বিনা ভর্ত্তুর্ব্বরং বৃণু শুভাননে।

তৃতীয়ন্তে বরং ভদ্রে দদামি প্রীতিমান্ ভৃশম্॥ ৮৮

---

রাজ্য শাসনবু য়েক্রবশিংনা মাংহনবিগ্নে মশাগী রাজ্য ১দি মরৈপাক্রী ওইবা বাজ্যদো অমুক্তদি ফংহনবিযু। ঐগী গুরু ওইরবা শ্বশুবনা থাদোকগ্রবা মশাগী ধর্ম্ম ওইবা শাসনবু হান্নগী মতৌগুম্না অসিগুম্বা বব অসি, হে চানবী হৈবা। ২শুবা বর ওইনা নফমদগী নিজবি। ৮৫

অনুবাদ—যমবাজনা হাঈখি—"ওঁ স্বস্তি" নংনা নিংলিবা অদু থুংজবো সাবিত্রী। চংলো নহাক নংগী স্বগৃহদা (নয়ুমদা)।

অনুবাদ—সাবিত্রীনা অমুক হাঈজখি—অয়াম্বা জীব পুম্নমক্তা য়েক্রবা থমদবা, কর্ম্ম তৌবদা পুক্নিংদা, রাভাংদা, থৌজান লৈবদা দান পিথোকপদা সাধু ওইনশিংগী ধর্ম্মনি সনাতন ওইবনি। অসিদসু নত্তনা অতোপ্পা অমদি মকপ ওইবা মুংশিনবা মী পুম্নমক্তা হেক্তা পেনবিবা, করিগুম্বা থৌজান অমদা দয়া কংজবমু অদু মডাই থোইনা হয়াওজবা পুম্নমকপু চপ মান্নবা থপ্পবা অদুগুম্বা থবক অদু অফবনি হাঈবসি অচুম্বা নত্তবরনে। ৮৬—৮৭

যমনা হাঈখি—নংগী স্বামিগী থয়াই নত্তবা বর অমসু হাঈযু,

তেতোঽপি বরয়ামাস ধর্ম্মরাজং পতিব্রতা।
পুত্রহীনো মম পিতা তস্য পুত্রশতম্ভবেৎ ॥ ৮৯

যম উবাচ—

কুলস্য সন্তানকরং পিতু পুত্রশতম্ভবেৎ।
ত্বং নিবর্ত্তস্ব সাবিত্রী দূরং পন্থানমাগতা ॥ ৯০

সাবিত্র্যুবাচ—

বিবস্বতস্ত্বং তনয়ঃ প্রতাপবান্ ততোঽথ বৈবস্বত উচ্যসে বুধৈঃ।
শমেন ধর্ম্মেণ চ রঞ্জিতাঃ প্রজা স্তত স্তবেহেশ্বর ধর্ম্মরাজতা ॥ ৯১

---

নিয়্ হে মাইথোং ফজবী নিংশিজবী অহুমগুবা বর অমমুক পিরগনি ঐ থোইদোক হেন্দোক্না পেল্লবনি সাবিত্রী।

অসিগী তুংদা যমগী মফমদা সাবিত্রীনা বর নিজখ্রে। সাবিত্রীনা হাঈজখি—ঐগী ইপাদো মচা নুপা পোক্তে, ইপাগী মচা নুপা চামা ফংহনবিতুনা ইরৈপাক প্রজাগী সেবা ফংজবদো পিনবিয়্। ৮৫-৮৭

অনুবাদ—যমরাজনা হাঈখি—আয়ুস্মান্ হে দেবি। বংশ অহুগী মথং মথং সন্তান ওইগদবা নংগী পিতাগী মচা চামা পোকপা ওইর-সনু সাবিত্রী। নহাক হল্লো চংলো নং য়াম্না লাপ্না লাকএ। সাবিত্রীনা অমুক হাঈজখি—ইবুংঙো নহাক অসি মতিক মগুন য়াম্না লৈবা মচাক কম্লানা তিনবনি। মুমিৎ কৌবা লাইগী মচানি হাঈবদগী বৈবস্বত কৌই। জ্ঞান লৈবশিংনা হাঈনরি মহাক মহাকী ধর্ম্মনা লোমগ্রবা প্রজা ওাক্তনি। অসিনা মরম ওইদনা হে যমরাজ। ঈশ্বরনি ধর্ম্মরাজনি হাঈনরিবসিনি। ৮৮—৯১

আত্মন্যপি চ বিশ্বাসস্তথা ভবতি সূর্য্যজ।
তস্মাৎ সৎসু বিশেষণ সর্ব্বঃ প্রণযমৃচ্ছতি ॥ ৯২

যম উবাচ—

পবিতুষ্টোঽস্মি ভদ্রে তে চতুর্থন্তু বরং বৃণু।
বিনা সত্যবতঃ প্রাণান্ যদিচ্ছসি দদামি তৎ। ৯৩

সাবিত্র্যবাচ—

অস্য সত্যবতঃ পুত্রশতামৌবস সম্ভবম্।
জায়তাং ময়ি দেবেশ ত্বৎ প্রসাদেন সূর্য্যজ ॥ ৯৪

যম উবাচ—

ভবিষ্যত্যেবমেবং হি পবিতুষ্টো দদামি তে।
অতিদূরং সমায়াতা নিবত্তস্ব স্ব মন্দিবম্ ॥ ৯৫

---

অনুবাদ—হে সূর্য্যজ। মীওইবগী আত্মা অসিনস্য যম কৌবা নহাকপু থাজবা অমা পোকই, মবম অসিদগী পুন্নমক্তা থোইদোক্না পুন্নমক্কী ওইনা প্রনয চংজবিবসি ঐগীস্য অপান্বনি চংজবি নথুযাদা। যমনা হাঙ্গিথি—কে নিংথিজবী। ঐ পুন্নমক পেল্লে নহাক্কী মরিশুবা বব অমা অমুক হাঙ্গিল্লো সত্যবানগী থরাইদদি নত্তবা, নংনা করিগুম্বা অপান্বা অমা নিংলবদি মহুমক শোইদনা পিবগে। ৯২—৯৩

সাবিত্রীনা হাঙ্গজখি—অছুদি সত্যবানগী মচা চামা, সত্যবানগী ঔরস্তগী ওইগদবা হে দেবেশ হে সূর্য্যজ। নহাক্কী থৌজান্না তোল-লবী সাবিত্রি ঐঙোন্দা ফংহনবিযু। ৯৪

সাবিত্র্যুবাচ—

সতাং সদা শাশ্বত ধর্ম্মবৃত্তিঃ সন্তো ন সীদন্তি ন চ ব্যথন্তে।
সতাং সদ্ভির্নাফলঃ সঙ্গমোঽস্তি সদ্ভ্যো ভয়ং নানুবিদন্তি ॥ ৯৬
সন্তো হি সত্যেন নয়ন্তি সূর্য্যং সন্তো ভূমিং তপসা ধারয়ন্তি।
সন্তো গতিভূর্ত চভব্য রাজন্ সতাং মধ্যে নাবসীদন্তি সন্তঃ ॥ ৯৭
ন কাময়ে ভর্ত্তবি নাকৃতার্থতাং ন ভর্ত্তৃহীনা ব্যবসামি জীবিতুম্।
ত্বয়ৈব দত্তঃ শতপুত্রতাবরঃ কথং ত্বয়া মে ম্রিয়তে পতি পুনঃ ॥ ৯৮

---

যমনা হাঙ্গখি—এব মঙ্গ নহাক্তা হাঙ্গরিবা মঙ্গুমক শোইদনা ওইরসনু ঐ পেল্লে হে সাবিত্রি। ঐনা শিববনি হৌজিক্তি নং হল্লো রাবগনি নং য়াম্না লাপ্না লাক্লে চৎলো। ৯৫

অনুবাদ—সাবিত্রীনা হাঙ্গ—সাধুশিংগীদি মতম পুম্নমক্তা লেংবা লৈত্রবা ধর্ম্মবৃত্তি কাইদবনি। সাধু হাঙ্গবসিদি অরা-নুঙাই থাইদ-বনি অমত্তনি। অতুগীদমক্তা রাজদে অফবা মীশিংনা সাধু ওইজবসি তিন্নজবসি কান্নদবা নত্তে মাংদবনি। মঙ্গুদা পুন্নিং চংলবদা ফংজ-ববদা অকিবসু লৈতে। সাধুশিংদি অচুম্বতনা মরু লুকই, অফবা ফলসু শোইদনা ফংই মখোইদগী অকিবসু ফংদে হাঙ্গনৈ। ৯৬

হে ধর্ম্মপতি। সাধুশিংনা সূর্য্যদেববু উপাসনা তৌই অচুম্বতনা খুকমই, তৌজবিবা তপস্যানা পৃথিবীবু ঙাকলি অসুম্না জগৎ জীব পুম্নমকপু য়োকপিবি, মহৈ মহৈ মশাগী ধর্ম্মবু ঙাকনরি কনানসু ধর্ম্মবু লঙ্ঘন তৌনদে ননাইসু ধর্ম্মনা যুমকম ওইদবা পুন্সি পামজদে। ৯৭

মরম অসিনা হে ধর্ম্মরাজ! ইপুরোইবা লৈতনা হিংজবা অরাবা পুন্সিদো ঐ পামজদে, তাকপিখি ইপুরোইবগী ঔরস পুত্র নচা মুপা

বরং বৃণে জীবতু সত্যবানয়ং যথৈব সত্যং বচনং কৃতং তে ॥

মার্কণ্ডেয় উবাচ—

এবমুক্তস্তু সব্রীড়ো যমঃ পাশা দমোচয়েৎ।

অঙ্গুষ্ঠমাত্রং পুরুষং সত্যবদ্দেহ নিঃসৃতম্ ॥ ৯৯

ধর্ম্মরাজঃ প্রহৃষ্টাত্মা সাবিত্রীমিদমব্রবীৎ।

এষ ভদ্রে ময়া মুক্তো ভর্ত্তা তে কুলনন্দিনি ॥ ১০০

---

চাম্য পোকচৌ বর পিবিথি, কমদৌনা মপুরোইবা লৈতবীনা মচা চামা ফংগদগে করম্বা মতমদা মপুরোইবা লৈতবীনা সন্তান ফংজব-সিবু য়াওগ্রবরা? মরম অসিনা ঐগী স্বামিবু হিংহনবিবা নত্তনা করিশু পামজদে, পিনবিরো ঐগী ইপুরোইবগী থরাই বর অসি ননাইনা নিজরি হিংহনবিরো। ৯৮

মন্তব্য—রাজকুমারী সাবিত্রীগী ফংলকপবা তাইবং মীনোক মৈচাক্তো তারবদা অচুম্বগী মপু যমরাজনা হাঈবদি অচুম্বগী মমাংদা অরানবনা লেপ্পা ওমদবগুম সাবিত্রীগী মমাংদা যমরাজ ইকাইবনা লেপ্পা ওমখিদ্রে।

হে সতি সাবিত্রি! অসিগুম্বা সত্যবান অসি অমুক হন্না হিংলসনু। বব অসি পিবিখ্রে নিখ্রে লৌজথরে। নহাক নশামগ্না অসিগুম্বা সত্যবচন অচুম্বা রাকম অসি পাংথোকলুরোনে হে পুন্যবতি হে সতি সাবিত্রি ফংজরুরে।

অনুবাদ—মার্কণ্ডেয় মুনিনা হাঈখি—এবমস্তু সাবিত্রি! নংগী অপাম্বা পুন্নমক ফংজরো। অসি হাঈরগা যমরাজনা য়াম্না ইকাইবগা

চতুর্ব্বর্ষশতায়ুশ্চ ত্বয়া সার্দ্ধমবাপ্স্যতি।
ইষ্ট্বা যজ্ঞৈশ্চ ধর্ম্মেণ খ্যাতিং লোকে ভবিষ্যতি॥ ১০১
ত্বয়ি পুত্রশতঞ্চৈব সত্যবান্ জনয়িষ্যতি।
এবং তস্মৈ বরং দত্ত্বা ধর্ম্মরাজঃ প্রতাপবান॥ ১০২
নিবর্ত্তয়িত্বা সাবিত্রীং স্বামেব ভবনং যযৌ।
সাবিত্র্যপি জগামাশু যত্র সুপ্তঃ স সত্যবান্॥ ১০৩

---

লোইননা যমগী লাংদগী সত্যবানগী থরাই থাদোকখ্রে। খুৎপিমুক চাওবা পুরুষ অমা সত্যবানগী দেহদগী মুত্তি অমা পিবিখ্রে। মতুংদা যমরাজনা যায়া হরাওনা (শেংনা) সাবিত্রীগী মফমদা রা অসি হাঈখি—চহি ৪০০ চুপা নহাকা লোইননা নৈমিন্নরগনি হে কুল-নন্দিনি শাগৈগী মৌ। ঐনা পিগ্রবা বরনা স্বামিগা লোইননা যাগ যজ্ঞ ধর্ম্মনা জগৎসিদা লেংদ্রবা সতী মিংথোন ফংজবো। ৯৯—১০১

অনুবাদ—মতৌ অসুম তৌদুনা নঙোন্দা সত্যবানগী মচা চাম্মা শোইদনা পোক্লগনি অসুম হাঈবা রা অসি মহাকীদমক বর পিরগা হনখ্রে, যমরাজনা সাবিত্রীবু আশীর্ব্বাদ পিরগা সাবিত্রীনসু যমরাজবু ভক্তি কচ্চরগা যায়া থুনা চৎখ্রে ধর্ম্মরাজসু যমালয়দা হনখ্রে।

সাবিত্রীসু মপুবোইবা সত্যবান্না তুমগুল্লা নৈহৌবা মফমদুদা চৎখ্রে। দেহদা আত্মা চংখ্রে, সত্যবান মিকপ থোকুনা জ্ঞান হেক লাকপদা সাবিত্রীগী মফমদা অসুম্না হাঈখি—"সাবিত্রি ঐ য়াম্না কুইনা তুমলুরে চান্নবী নহাক্না কবিগী ঐবু হৌদোক্তিবনো?" কনাগুম্বা শ্যামবর্ণ শংবান্নবা ওইবা। অদুগুম্বা নিপা অমনা ঐবু চিংদুনা পুরমইনে সাবিত্রি। অদুদগী সাবিত্রীনা মবুংহো সত্যবানগী

ততঃ স চেতনাং প্রাপ্য সত্যবাংস্তা মভাষত।
চিরং সুপ্তোহস্মি দয়িতে ত্বয়া কিং ন বিবোধিতঃ॥ ১০৪
অথ তং প্রাহ সাবিত্রী কথয়িষ্যামি তে কথাম্।
পশ্চাদহ মিমাং সর্ব্বা মিদানীং স্থৈর্য্যবান্ ভব॥ ১০৫
বিশ্রান্তেহসি মহাভাগ কথয়িষ্যামি তেহখিলাম্।
যদি শক্য ত্বমুত্তিষ্ঠ বিগাঢাং পশ্য শর্ব্বরীম্॥ ১০৬

মার্কণ্ডেয় উবাচ—

উপলভ্য ততঃ সংজ্ঞাং সত্যবান্ সমচিন্তয়ৎ।
কথমদ্য গমিষ্যামি পিত্রোরন্তিক মাকুলঃ॥ ১০৭

---

মফমদা হাঙ্গিজখি—অদুগুম্বা রাকম পুন্নমক তপথবিরা, ননাইনা চিথদনা কোন্না হাঙ্গিজররগে তপথবিযু ইংমা লৈবিযু। ১০২—১০৫

হে লাইবক কবা পোথাবিসি, থোকখিবা থোদোক পুন্নমক এ হাঙ্গিকগে—করিগুম্বা ঙমগদবা লৈববদি ইবুংঙো অমুক্তা লেংথংপিয় অগা থোইদোক্লা অকিবা ফংনা মমলবা অহিং অসি অমুক্তা লেংবিযু। ১০৬

অনুবাদ—মার্কণ্ডেয় মুনিনা হাঙ্গিখি—অদুগী তুংদা সত্যবান রাখন তোরকই ঙসি কমদৌনা ঊনিংবনা থোরাংলবা ইপাগী নাক্তা চৎকনি। থুমোক অসিমু উহৈনা থল্লে যজ্ঞগী শীংমু লৈহৌরসনু হে নিংশিজবি। শিংজং অসি প্যাঙ্গিবগা ইশা কন্নবগীদমক কাং নত্রবদি করিউপায় তৌগনি। ১০৭

করণ্ডিকা ফলৈঃ পূর্ণা কাষ্ঠভারশ্চ তিষ্ঠতু।
রক্ষার্থমেনং পরশুং গৃহীত্বা গম্যতাং শুভে॥ ১০৮

অন্যথা কা গতিস্তত্র পিত্রোরস্য ভবিষ্যতি।
তত স্তমাহ সাবিত্রী রাজাবো যদি মন্যসে॥ ১০৯

ততস্তাং সত্যবানাহ পরশুং ত্বং গৃহাণ মে।
পলাশপত্রৈঃ সাবিত্রি পন্থা ব্যবর্ত্ততে দ্বিধা॥ ১১০

তত্রোত্তরেণ যঃ পন্থা স্তেন গচ্ছ ত্বমাশু চ।
এতস্মিন্নেব কালে তু দ্যুমৎসেনো মহীপতিঃ॥ ১১১

লব্ধচক্ষুস্তদা রাত্রৌ শৈব্যয়া সহ ভার্য্যয়া।
আশ্রমং তাপসানাঞ্চ ব্যচরৎ পুত্রলিপ্সয়া॥ ১১২

স শুশোচাতি দুঃখার্ত্তঃ পুত্রং তাঞ্চ শুভাং বধূম্।
স গৌতমাদিভি র্বিপ্রৈঃ সান্ত্বিতঃ শোককর্ষিতঃ॥ ১১৩

---

ফবে পুম্নমক লৈহৌবসন্নু। অদুগী তুংদা সাবিত্রীনা নবুংডো সত্যবানগী মক্কমদা হাঈজখি—"রাক্ষম অসি খনবিরবদি ঐখোয় চৎলসি।" সত্যবান্না হাঈখি—ঐগী শিংজংসি নং পাঙ্গবো পাঙ্গোং মনাশিংনা সাবিত্রি লম্বী অসি হাইদোক্রে, মফম অসিদগী অরাং ওইবা লম্বীদুদা নং থুনা চৎলো। মতম অসিদা লৈপাক মপু দ্যুমৎ-সেন্না অহিংগী রাণী শৈব্যা ভার্য্যাগা লোইননা মখোয় অনিমক মমিং উববনিনা, মচা উনিংলবা অনিনা তপবন্দা তপস্যা তৌরিবা ঋষিশিং উখি। সত্যবান অমসুং মমৌ সাবিত্রি উদবদা থোইনা হেন্না অরাবা ফংলবা দ্যুমৎসেন্না ব্রাহ্মণ খিবিক্তা হংজখি। ১০৮—১১৩

সর্ব্বে তথৃ্ন্মুর্নয়ে ন শোকং কুরু ভূপতে।
যথাস্য ভার্য্যা সাবিত্রী শীলাচার সমন্বিতা ॥ ১১৪
যথা চ দৃশো র্লাভশ্চিবঃ জীবতি সত্যবান্।
এতস্মিন্নেব কালে তু সাবিত্র্যা সহ ভার্য্যয়া॥ ১১৫
সত্যবা নাগত স্তত্র পিত্রোঃ প্রীতিং বিবর্দ্ধয়ন্।
অথ তৈ সর্ব্বশো বিপ্রৈঃ পৃষ্টস্তং কেন হেতুনা॥ ১১৬
দিবসে ন সমায়াতঃ পিতরৌ তব দুঃখিতৌ।
ততঃ স কথয়ামাস শিবঃপীড়াদিকং তথা ॥ ১১৭

---

অনুবাদ—হে মহারাজ। অরাবা অমুক তোৗরগমু মুনিশিংনা দ্যুমৎসেনগী মফমদা হাঈখি। করি হাঈনা—নচা ইবুংঙো সত্যবানসু নমৌ ইবেম্মা সাবিত্রীসু লমচৎ শাজৎ আচার ফজবী সতীনি, চিংনগমু মহারাজ মবমদি নহাকী নচাদো মথোই ঙাইহাক্কং উদবতনি। সত্যবান করিসু তৌদে হিংলি, অসি হাঈদুনা নিংথৌগী পুক্কিংবু থেমজিনখি। অমুম্না হাঈনরিবৈ মতম অসিদা ভার্য্যা সাবিত্রীগা লোইননা তাঞ্জাশিদা সত্যবান চংলক্লে হেক থুংলরে। অমুম্না ননাই এথোই লাকচদে মমা মপা অনিগী অপেনবা মুংঙাইবা হেঙ্গৎখ্রে।

অসিগী তুংদা অয়াম্বা লৈরিবা ব্রাহ্মণশিং, মুনিশিংনা হংখি—করিদগী অমুক থেংলফাউ লাক্তবনো? নহাকী ইমা ইপা অনিনা নখোয়গীদমক্তা কয়া রানা থাংলিবা। অসি হাঈরবা তুংদা সত্যবান্না পাউথুম (পিজখি) হাঈজখি—মমাংদা থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক চিংখদনা মতুমক কাইদনা মহাক্না কোক ঙাওবকপদগী রাম্ববনচিংবা পুম্বা যায়া নোল্লুক্না হাঈজখি। ১১৪—১১৭

ততস্তে বিপ্রসঙ্ঘাশ্চ সাবিত্রী মিদ মব্রুবন্।
কথয়স্বাত্ত সাবিত্রী বৃত্তান্তং যদ্বনেঽভবৎ ॥ ১১৮
ততঃ সা কথয়ামাস যম সন্দর্শনাদিকং।
চক্ষুর্লাভশ্চ রাজ্যঞ্চ দ্বৌ বরৌ শ্বশুরস্য তু ॥ ১১৯
পিতুঃ পুত্রশতঞ্চৈব পুত্রাণাঞ্চাত্মনঃ শতং।
চতুর্ব্বর্ষ শতায়ুশ্চ ভর্ত্তুঃ প্রাপ্তং যথা যমাৎ ॥ ১২০
তৎ শ্রুত্বা পরমপ্রীতা বিপ্রাঃ স্ব স্ব গৃহং যযুঃ।
সত্যবানপি সংসুপ্তঃ পিতৃভ্যাং সহ ভার্য্যয়া ॥ ১২১
অথ রাত্রৌ ব্যতীতায়াং সঙ্গতা স্তে তপোবনাঃ।
কৃত পৌর্ব্বাহ্ণিকা স্তত্র সাবিত্রীঞ্চ প্রশংসিরে ॥ ১২২

---

অনুবাদ—অদুগী মতুংদা অযাম্বা ব্রাহ্মণশিংনা সাবিত্রীগী মফমদা অসিগুম্বা হ্না অসি হাঙ্খি—সাবিত্রি। অদুগুম্বা বন অদুদা থোকখিবা ওইখিবা থৌদোক অদুমক ঙসিমক মথংশিংনা চাঙ্বো। অসিগী মতুংদা সাবিত্রীনা যমরাজ উন্নবা পুম্নমকসি অমত্তা কাইদনা পাউদমজখি। মনেম মকু অনিগী মিৎ উবা যংবা অমসুং রাজ্য ফংবা, মপাবুং অশ্বপতিগী মচা চামা ফংনবসু অমসুং মশামক্কী চহি ৪০০ পুন্সিবা অমদি যমদগী সত্যবানবু ফংখিবা পুম্নমক লোইনা তমজখ্রে। ব্রাহ্মণশিংনা হ্না অসি তাবগা থোইনা হেন্না নুংঙাইদুনা পেল্লদুনা মথোয মথোয়গী লৈফমদা চৎনখ্রে। সত্যবানসু মাতৃ পিতৃ অনি অমদি সাবিত্রী লোইনমক পোথাখবে। ১১৮—১২১

অদুগী তুংদা অহিং অসি হৌরবদা তপবন্দা লৈবা তাপসিশিংগা তিননরবে অমসুং পূর্ব্বাহ্নক্রিয়া লোইরবা মতম অদুদা

শাল্বদেশা দধামাত্যা দ্যুমৎসেনং মহীপতিং ।
আগত্যাচ মহাবাজ স্বামাত্যোন হতো রিপুঃ ॥ ১২৩
ততঃ পূর্ব্বেণ সত্যেন বয়মভ্যাগতা ইহ ।
অচক্ষুর্ব্বা সচক্ষুর্ব্বা ত্বং রাজা ভব ভূপতে ॥ ১২৪
ততস্তৈ বভাসুদ্ধাতো ব্রাহ্মণৈঃ স মহীপতিঃ ।
তৈবমাত্যৈঃ পবিবৃতো মহাদেব্যা চ শৈব্যয়া ॥ ১২৫
পুত্রেণ স তয়া বধ্বা সাবিত্র্যা শীলযুক্তয়া ।
যযৌ স্বপুর মব্যগ্রা হর্ষ সম্পূর্ণ মানসঃ ॥ ১২৬

---

সাবিত্রীবু পুন্নমক্লা হন্ন হন্না থাগৎনখি। মতম অসিদা মন্ত্রিশিংনা শাল্বদেশতগী লাক্লগা নিংথৌ দ্যুমৎসেনগী মফমদা হঙ্গৎচখি মহারাজ ননাই ঐখোইনা য়েক্লবা পুন্না মাংহনখ্রে, স্বদেশতম্না লেংলসি।

শ্রীযুংকী মমাংচংতা তাকপিবা অচুম্বা অতুনা ভসিদি মফমসিদ। ঐখায় পুন্না লাক্লবনি, মিৎ তাংলবসু মিৎ উববসু হে মহারাজ। শ্রীযুংনা নিংথৌ ওইবিবরো লেংনবা থৌবাংবিবো থৌগঙবাগ।

অসিগী তুংদা নিংথৌ দ্যুমৎসেন্না ব্রাহ্মণশিংদা নোল্লুকচে, মতুংদা অয়াম্বা মন্ত্রিশিংনা মহাদেবী বাণী শৈব্যাগা লোইননা পুনকোই কোইশিন্না থৌগনজখ্রে। ১২১—১২৫

পুন্নমক্লা থোইনা হেন্না হবা ওবগা লোইননা মন্ত্রিনচিংবশিংনা নিংথিজবা লমচৎ শাজৎ ফজবা মগুণ কয়ানা তিল্লবী শাগৈগী চৌ ওইববী অতুগুন্নবী সাবিত্রী-সত্যবান অনিসু থৌগজ্রবগা পে কুফম লমদম নিজভুবন শাল্বদেশ কোংমুং তম্না যাত্রা তৌখ্রে। ১২৬

তত্র গত্বা দ্যুমৎসেনঃ সত্যবন্তং প্রিয়ং সুতং।
যৌবরাজ্যে মহারাজ স্থাপয়ামাস ধর্ম্মতঃ।
সাবিত্র্যাশ্চাপি কালেন জজ্ঞে পুত্রশতং বরং ॥ ১২৭
ভ্রাতৃণাঞ্চ শতং জাতং সোদর্য্যাণাং মহাত্মনাম্।
এবমাত্মা পিতা মাতা শ্বশ্রূশ্চ শ্বশুরঃ পতিঃ। ১২৮
ভর্ত্তুঃ কুলঞ্চ সাবিত্র্যা কৃতং সর্ব্বং সমুদ্ধৃতম্।
এবমেষাপি পাঞ্চালী শীলাচার সমন্বিতা ॥ ১২৯
তারয়িষ্যতি বঃ সর্ব্বান্ সাবিত্রীব বরাঙ্গনা।
এব মাশ্বাসিত স্তেন মার্কণ্ডেযেন ধীমতা ॥ ১৩০

---

মফম অদুদা য়োরবা তুংদা নিংথৌ দ্যুমৎসেননা মুংশিববা মচা-ইবুংঙো সত্যবানবু হৌনবি নিয়ম কাইদনা, চৎনবি মতুং ইন্না যুবরাজদগী নিংথৌ ওইনা ওইহনখি। সাবিত্রীসু মতম চান যম-রাজগী বরনা মবম ওইবগা, মচা চাম। মথং ২ পুকচেল ফজববা মহিক মগুন লৈবা মচিল-মনাও পোকখ্রে হে মহারাজ। যুধিষ্ঠির।

মতৌ অসুম তৌনা সাবিত্রী মশামক্না মমা মপা, মনেম মকু, মপুবোইবা অমসুং শাগৈ নাতৈ পুম্নমক সাবিত্রীনা মরম ওইহনা লোইনা চাওখৎপ। হাঙ্গৈরদু ওইখি। অসুম্না লমচৎ শাজৎ ফজরবী ধর্ম চেনবী অসিগুম্নবী পাঞ্চালীনি দ্রৌপদিনসু গুণ পুম্বনা সাবিত্রী-গুম অরাব কয়াদগী নখোই পুম্নমকপু লান্থোকপিরগনি। ১২৬–১২৯

অসিগুম্নবা বরগী শরুক ওইরবা অসি নখোয় পুম্নমকসু অরাব অসিদগী লান্থোক্লগনি অরাবা পুম্নমক কোক্লগনি।

যুধিষ্ঠিরঃ প্রীতমনাঃ কাম্যকেঽপ্য বসদ্বনে।
য ইদং শৃণুয়াদ্ভক্ত্যা সাবিত্র্যা খ্যানমুত্তমম্‌ ॥ ১৩১
স সুখী সর্ব্বসিদ্ধার্থো ন দুঃখং প্রাপ্নুয়ান্নরঃ।
যমাত্তস্য ভয়ং নাস্তি বিষ্ণুলোকে মহীয়তে ॥ ১৩২
শৃণ্বন্তি যাঃ স্ত্রিযশ্চৈবং সাবিত্রী চরিতং শুভম্‌ ॥
সুসৌভাগ্য মবৈধব্যং লভন্তে সন্ততিং শুভাম্‌। ১৩৩

ইতি শ্রীমহাভাবতে বনপর্ব্বণি সাবিত্রী ব্রত কথা সমাপ্তা ॥

---

মতৌ অসুম্না বুদ্ধি জ্ঞান চখোনবা মার্কণ্ডেয় মুনিনা যুধিষ্ঠির-নচিংবা পঞ্চ পাণ্ডব অমদি "অহল্যা-দ্রৌপদী-কুন্তী-তারা-মন্দোদরী তথা পঞ্চ কন্যা স্মরেন্নিত্যং মহাপাতক নাশনম্‌ ॥" অসিগুম্বা সতী মভাব্‌ মীওইবনা সুংত্তিগী শোল্লবদি মহাপাতক কৌবা পাপ কোকই। অসুম্না খোন্নবা কয়াগী মচুং চন্না লৈরবী পঞ্চ পাণ্ডব ০গী সেবা কংদুনা বনবাসগী চুংভাইবা অমদি অরানা কয়া ভত্তনা মাইয়োক্লজরিবী সতী দ্রৌপদী মখোয় পুম্নমকী মফমদা, মমাংদা থোকখিবা থৌওং (খুদম) পীবদুনা যুধিষ্ঠির নিংথৌ কাম্যবন্দা চুংভাইনা লৈখি হাঈবদি—এখোয়স্‌ সাবিত্রী ব্রত কথাসি তাজবনা মরম ওইদুনা নোংমদি হস্তিনাপুর রাজ্য ইরৈবাকপ্‌ সেবা কংলক-খিগনি খন্দুনা চুংভাইনা লৈজখি। ১৩০—১৩৩

অসিগুম্বা মহাভারত বনপর্ব্বগী মমুংদা থিখিবা সাবিত্রী ব্রত কথা মভাং অসিদা লোমলে ॥ ইতি




---

# সোষ্যন্তী কর্ম্ম

অথ আসন্ন প্রসবায়াঃ বধ্বাঃ সুখ প্রসবার্থং সোষ্যন্তী কর্ত্তব্যঃ। কৃতস্নানঃ পতিঃ, ওঁ অদ্যেত্যাদি গোত্রঃ শ্রী দেব শর্ম্মা ( ত্রাতৃ বর্ম্মা) গোত্রায়াঃ শ্রী দেব্যাঃ মদীয় পত্ন্যাঃ সুখ প্রসব কামঃ সোষ্যন্তী কর্ম্মাহং করিষ্যে। সঙ্কল্প সূক্তং পঠেৎ। ততো পতিঃ আচমন কৃতাং বিলম্বিত প্রসবাং পত্নীং কুশোদকেন স্ত্রিয়ং অভ্যু-ক্ষ্যতি। ওঁ এজতু দশমাস্যো গর্ভো জরায়ুনা সহ। যথায়ং বায়ু-রেজতি যথা সমুদ্র এজতি। এবাযং দশমাস্যো অস্রজ্জরায়ুণা সহ (১) পুত্র প্রসবে জরায়ু পতনে বা বিলম্বো ভবতি, তদা পতিঃ জপেৎ ইমম্ মন্ত্রং যথা—ওঁ অবৈতি পৃশ্নিঃ শেবলং শুনে জরায়ু অত্তবে। নৈব মাংসেন পীবরীং ন কস্মিংশ্চ নায়ত রাজরায়ু পদ্যতাম্। ইমং মন্ত্রং স্ত্রিয়ং শ্রাবয়ন্ পাঠেদিতি। সোষ্যন্তী কর্ম্ম।

---

ফুপীনা অঙাং (উনরমদাই) পোক্লমদাই নক্লবদা বেডা তৌদন মুঙাইনা পোকপা পায়বদি কর্ম্ম অসি তৌগনি, মপুবোইবনা স্না তৌবগা পুরোহিত লোইননা সঙ্কল্প "ওঁ অদ্যেত্যাদি" তৌগনি সূক্ত মন্ত্র পাঠ তৌগনি, গর্ভিনীবু স্নান আচমন তৌহনগনি, মচ (অঙাং উনবদা, পোকপদা বেড়া তৌরবীবু মপুবোইবা (পতি) ন "ওঁ এজতু ·" (১) না কুশগী ঈশিংনা শান্তি তৌগনি। অঙাংগি পোকলে নাউফমদি তাদ্রে অমু ওইববদি মপুবোইবনা "ওঁ অবৈতি রাজরায়ু পদ্যতাম্" হিন্না মমা ওইবীবু তাহল্লু মন্ত্র অসিগী ঈশিং খরা থকহল্লু। নাউফম তাদ্রি কাও জপ তৌ শোইদবা মঙ্গল ওইগনি বেদগী বচন্নি।

## লাইরিক ফংফম :—

১। শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা, ইম্ফাল।

২। আনন্দা সংস্কৃত মহাবিদ্যালয়ঃ ইম্ফাল।

৩। দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেস, বাবুপাড়া ইম্ফাল।

৪। অইবা অমস্নুং প্রকাশিকগী য়ুম।

৫। শ্রীরাজেশ বুক ষ্টোর, গবর্ণর রোড ইম্ফাল।

৬। জগৎ মাতা ষ্টোর, প্রোঃ রাজেন শর্ম্মা ইম্ফাল।

---

## ফোংখ্রবা লাইরিকশিং :—

১। নিত্য পূজা পদ্ধতিঃ (তাং ১৯/৯/১৯৯৯)

২। দ্বিতীয় নিত্য পূজা পদ্ধতিঃ (তাং ৮/৮/২০০০)

৩। নিত্য কর্ম্ম পদ্ধতিঃ (তাং ৯/১/২০০১)

৪। তৃতীয় নিত্য পূজা পদ্ধতি (তাং ২৭/১১/২০০১)

৫। শ্রীমদ্ভাগবতম্ দশমঃ স্কন্ধঃ (তাং ২০/১১/২০০২)

---